[illegible]

# পৃথিবীসু উঙলি
# ঐগী কোকসু উঙলি



এস. সি. য়াইখোম্বা

# Prithibishu Ungli Eigee Koksu Ungli

(A collection of fiftytwo poems by S.C. Yaikhomba)




অফোঙবা : য়াইখোম মেম্মা দেবী
খুরাই পুথিবা লৈকাই
লম্লোং কৈথেল, ইম্ফাল ইস্ট
মণিপুরনা য়াইখোম পল্লীকেসনগীদমক

অইবা : এস. সি. য়াইখোম্বা
খুরাই পুথিবা লৈকাই
লম্লোং কৈথেল, ইম্ফাল ইস্ট
মণিপুর

অহানবা ফোঙবা : জনুৱারী, ২০০৮

কোপী মশিং : ১,০০০

কংফম থোকপা : অইবা

মখুম য়েকপা : সলাম হেমচন্দ্র সিংহ
খাকৈথেল লাইশ্রম লৈকাই
ইম্ফাল ৱেস্ট, মণিপুর

মমল : লু : ৮০/-

নম্ফম : লৈমহল প্রেস
খুরাই লম্লোং কৈথেল, উখ্রুল রোড

ঐগী পাঙলিবা ইমিৎ অসিনা
তাইবংপাল অসিবু উবা ঙমজনবা
লমজিং মঙাল পিবীরম্বা ইবোক্কী মফমদা
করিনা লমন শিংগনি খঙজদা
তোল্লবা নশূনা পিরাং পিরোইননা কচ্চরি ।

# ফোংদোকচনিংবা ৱাফম খরা

শ্রী এস. সি. য়াইখোম্বনা লেংদুনা পুথোক্লিবা শৈরেংগী লাইরিক 'পৃথিবীসু উঙলি ঐগী কোকসু উঙলি' হায়বসি ঐ পাজরি। হৌজিক্কী মতমদা ঐখোয়গী লোন্দা পুথোক্লরিবা শৈরেংগী লাইরিকশিংগী মরক্তা শ্রী য়াইখোম্বগী লাইরিক অসিসু থোইদোক্না শীংথানবা য়ারে হায়জনীংই।

লাইরিক 'পৃথিবীসু উঙলি ঐগী কোকসু উঙলি' দা য়াওরিবসি শৈরেং ৫২ নি; হৌজিক্কী মতমদা লমদমসিদা থোক্লিবা থৌদোক-ৱাথোক, শান্তি লৈতবা পুন্সি মরেল, মীহাৎ-মীপুন, অমগা-অমগা থাজনদবা ৱাখল পরীং, তং-তাদবা মহীং, কায়নবগী তেংথাখোল ৱাফম ময়াম অসিদা শাগত্তুনা লেংবা শৈরেংনি। মোডর্ন সেন্সিবিলিটিগী মহাও নীংথিজনা পীবা ঙম্লবা মতমগা চপচান্ননা লেংবা শৈরেং ঙাক্তনি। শৈরেংশিং অসি অয়াম্বনা অৱাবগী শক্লোন পুই। নুংঙাইবা, থাজবা, আশা, অমদি ফজবা শীংথাবগী মায়কৈরোমদদি কয়া মায় ওনশিন্দবগুম তৌই। 'শান্তি' শৈরেং পারুই, মদুসু শান্তি কৌবা মী অমা শিদুনা লৈরম্বগী, জে. এ. সি. শেমদুনা বন্দ ব্লোকেট, জেনরেল ষ্ট্রাইক চৎথনবা, মীহাৎপা দন্ডি পীনবা ৱাফম য়াওবা হৌজিক-হৌজিক ফোঙ ফোঙ শানা থোক্লিবা থৌদোক্তা যুম্ফম ওইরগা ইবা শৈরেং ওইরম্মী।

য়াইখোম্বগী শৈরেংশিং অসি মতমগা চান্নবা শৈরেং নি; হিংবদা চঙবা লোয়ননা কবিগী মীৎয়েংদা উরিবা শোয়রে খল্লিবা মশক ফোঙদোক্তুনা অচুম্বা লম্বীদা চৎহন্নীংবগী থৌনাশিংগা লোয়ননা লেংবা শৈরেংনা অয়াম্বনি। অহৌবগী শৈরেং 'অঙাংগী মচীন' হায়বসিদা অঙাংনা হায়নীংবা হায়বদা কনানা অওইবনি লৌনদবগুম হৌজিক মতমগী লুচিংবশিংগী ৱাফম সু অঙাংগী মচীনগা মান্নে প্রমান তৌরি। 'ইম্ফাল সহর' হায়বা শৈরেং অসিদা শেমজিন-শাজিনবীদ্রবা অমোৎ-অকায়না থল্লবা ইম্ফাল সহরগী ফিভমবু শৈথাদুনা ইরি। 'ইমা' শৈরেংদা, মণিপুর ইমাগী মচাশিংগী মথৌনা ফোঙদোক্তবা, ৱাকৎপা হৈতবা, অৱাবা তারবসু খাঙদুনা লৈবা মতৌবু পেন্দবা ফোঙদোক্লি। 'ঐ শিখরে' শৈরেং অসি, ৱারী পাবগী নুংঙাইবা ফাওহনবা ঙম্বা, লমদমসিদা থোক্লিবা অৱাবা থৌদোক কয়াসি প্রমান পীদুনা লেংবা শৈরেংনি। 'ঐগী কুতু'-আইন ঙাক্লবা থল্লিবা পার্সোনেলশিংনা আইন খঙদে হায়বা উত্তুনা লেংবা

শৈরেংনি । 'ঐবু খঙবিয়ু'-উপালনা তাইবং জীবগী কান্ননবা তৌরিবা ময়াম, শারবা নুংশাদা উরুম লাংহল্লিবা ময়ামসি খঙবিয়ু হায়জবগী শৈরেংনি ।

'কনাগীদমক করিগীদমক' হায়বসি য়াম্না অর্থ চেনবা শৈরেংনি । তাইবংদা ওইরিবা পূন্নমক অচুম্বা নত্তবা, ওইদবা, তৌশিন্নবনা থল্লবা সংসারনি, পৃথিবী অসিসু ওইদবনি অদুবু মদু খঙনা খঙনা নুংঙাইরি, মীওইবা জাতি নুংঙাইবা পাম্বা কাঙবুনি অদুম ওইনমক মৈশা অমদি অৱাবদি অসুম অসুম হেঙ্গৎলকই হায়রি শৈরেংসিদা কবিনা ।

'কুমগী নোং'-হায়বা শৈরেং অসিদা কবিনা ঙসি ওইরিবা, ৱারবা অকিবগী মশক ফংলবা ফিভম অসিবু শৈথারি । হায়রি খ্রক খ্রক কংলবা চীনবান্নবা লাইজ ঈশিং ঙাইরি, অদুবু তারকপদি লৈখিদ্রে কুমগী নোং।

'খুদোল'-শৈরেংদা কবিনা, হাৎন-শুনবা, সিফাইগী বুট মখোল, মরাল লৈতনা শুপ্নম বিচারদা হাত্তোকপিরবা মীওই, মচা কায়নরবীগী তেংথাখোল, মীকপ-মীরাওখোল তত্তনা তারি হায়দুনা লমদম অসিগী ঙসি ঙসি ওইরিবা শক্তমবু অৱাবগী সুরদা শৈথারি । 'গধাগী লুচিংবা', 'চৎনবী' 'তাইওন্নরে তাইবংপাল' 'তাকপিয়ু থম্মোয় শেংনা' 'তোল্লবা শা অদু', 'থোপ্তা অপুম্বা শস্থি' নচিংবা শৈরেংশিংগী টোপীক (হীরম) ইমান-ইমান মান্নে, হৌজিক ওইরিবা মণিপুরগী অৱাবা, অকি-মিপাইনিংঙাই ওইবা তং তাদবা, মতৌ, ৱাথোক লাম্থোক-ময়ামসি তেংথাবনি । মনীংদা খরা অমসু লৈহৌরি, শাংমনখ্রগনি খনবদগী তেনশিঞ্জরে ।

শৈরেংশিং লোইনমক মতমগী মঙাল পীবা ঙাক্তনি । পাবদা অর্থ খঙহল্লি; ৱাহৈ লোঞ্জন ফজে, ৱাখল চেল্লি । তুংদসু অসিগুম্বা লাইরিক কয়া ফোঙবিরক্লুনা মণিপুরী সাহিত্যগী সেবা মতোল লোম্না তৌবিরকউ । মীয়াম্না লাইরিক অসি পাবিরগা কবিনা আশা তৌরিবা নুংঙাইরবা ইরৈবাক হায়বদু অমুক্তং ওইরকপা ওইহনবিয়ু, লোয়ননা মতম লৈবা খিবিক্তা অদোমবু নুংঙাই য়াইফনা লৈবা অৱা-অনা তাদবা ওইহনবীয়ু হায়না তাইবঙ মপুগী মফমদা ঐনা হন্না খুরুমজরি ।

বি. জয়ন্তকুমার শর্ম্মা
ব্রহ্মপুর, নহাবম, ইম্ফাল

# ৱাহৈ থৱদং

অহানবমক্তদা লাইরিক অসিবু থৱায় য়াওনা পাবীরিবা খ্বাই পুন্নমকপু ইকায়খুম্নবা উৎচরি । লাইরিক অসি পাবীবা মতমদা অদোমনা নীংশিংবীগদবা ৱাফম অমতং থমজরি -লাইরিক অসিদা য়াওরিবা শৈরেংশিং অসি কনাগুম্বা মীওই অমগী পুন্সিগা মরী লৈনজদে, ইশাগী ৱাখলদা মতম মতমগী থোরকপা ৱাখল্লোনদা য়ুমফম ওইরগা ইজখিবনি । লাইরিক অসিদা য়াওরিবা শৈরেং অয়াম্বনা মীওইবগী ফজখ্রবা শক্তমবু ফজবা লমচৎ শাজৎনা ফজবা মীওইবগী লৈতেং ওইহনজনিংদুনা ইজবনি । মীওইবনা মীওইবগী নুঙাই-য়াইফনবা অমদি হেন্না ফজহন্না পাম্বে কয়া পুথোরকখিনি হায়বগী থাজবা থমজরি মতম্না পুরকপা অহোংবা কয়াগী মরক্ত ।

শৈরেংগী মওং মরিলদা, ৱাহৈ ৱাতাদা, বনানদা ফজহন্নিংবা কয়া থেংনবীরকপা য়াওরবদি মথঙ ফোঙজগদবা লাইরিক কয়াগী মায়-মিৎ ওইনবা অইবদা থমোয় শেংনা তাকপিরক্লবা নিংশিংজরি । হরাওনা লৌজগনি । শৈরেং অমা ইবাগী নিতি নিয়ম, মওং মতৌ থিজরুবা তৌদনা ইচম চম্না হায়নিংবা ৱাফমদুতং ফোঙদোকচবনি । থোইদোক্লা তুংগী জাতিগী য়ুম্বী ওইগদৌরিবা নহারোলশিংনা লাইরিক অসিদগী কান্নবা শরুক খজিক্তং ফংবা ঙম্বীরগদি লাইরিক অসি ফোঙজবগী মহৈ য়াল্লে খঞ্জগনি ।

অঙাং ওইরিঙৈ খরা খরা ইবা তমখৎচরকঙৈ ইং ১৯৮০-৮১ অদুৱাইদা ফজবা ইশৈ মতৌ করম্না ইগদগে হায়দুনা খুৎ পায়দুনা তাকপিখি । ইশাগী ৱাখলগী পাঙ্গল শোঞ্জবনা ইথোকপা ঙমজদে । লাইরিক মচা অসি ফোঙলমদাইদসু অচিনবা মতম কয়াবু কাইথোকপিদুনা লাইরিক অসিবু পাবীখি। মমল য়াম্লবা কাউঙম্লরোইদবা ৱাহৈ কয়া ইবীরকপগীদমক মিং ওইনা পনজরবদা থোইদোক্লা ইকাইখুম্নজরিবা অহল ইবুংঙো বি. জয়ন্তকুমার শর্ম্ম, ব্রহ্মপুর, নহাবম, ইম্ফালদা লৈবীবা হৌজিক হৌজিক মণিপুর সহিত্যি পরিসদ, ইম্ফালগী প্রসিদেন্ট ওইবীরিবদগী পুন্সিদা শিংবা ঙম্লরোইদবা লমন অমগা তোনশিনজরবনি ।

লাইরিক অসিবু পুথোক্লবা হোৎনবদা ৱাখল অমদি অরৈবা থৌনা পিবীখিবা শগোলশেম কলাচান্দ সিংহ ১সুং কোনসম দেবদাস সিংহ, খুরাই কোনসম লৈকাইদা লৈবা নুংশিজরবা ঐগী মরুপ অনিবুসু থাগৎচবা ফোঙদোকচরি ।

লাইরিক অসিগী মখুমগী মওং(খুৎয়েক) য়েকপিরকপা ক্বাকৈথেল লাইশ্রম লৈকাইদা লৈবা ঐগী ইনাও ইবুংঙো সলাম হেমচন্দ্র সিংহগী লমন অমসু তোনশিনজরে ।

লাইরিক অসি ওইনবা হোৎনবদা অচৌবা থৌদাং লৌবীখিবা লৈমহল প্রেস, খুরাই লম্লোং কৈথেলগী প্রোপ্রাইটর ঐগী ইয়াম্বা থৌদাম কান্ত সিংহ অমদি কম্পুটরগী থৌদাং লৌবীখিবা থৌদাম শ্রীতনকুমার সিংহ (নাউচা) লোয়ননা প্রেসকী থৌদাং লৌবিখিবা ইবুংঙো ইবেম্মা খ্বাই পুম্নমক্কী লমন তোনশিজরে ।

হকথেংননা নৎত্রগা নকোয়ননা পুক্লিং থৌগৎপিরক্লিবা অহল-লমন, লাই-গুরু, মরুপ-মপাং, ইচিল-ইনাও, ইচে-ইচল পুম্নমক্তগী য়াইফ-মঙ্গল নিজরি । অরোয়বদা লানদবা ঙমদবা, শোয়দবা ঙমদবা মীওইবা মপোক্লি খনবীদুনা খ্বাই মীয়াম্না অশোয় অঙাম খিবিক ঙাকপিনবা খুরুমজরি ।

ইম্ফাল
১২ নবেম্বর, ২০০৭

এস. সি. য়াইখোম্বা

# য়াওফম তাকপা

# অঙাংগী মচীন

মফম মতমগীদি খঙদ্রে
অদুবু, মতাং চাবু চারবদি
অঙাংগী মচীন মেনবা নংহৌদে
ঙাঙনিংবদু হেক্ত ঙাঙথোরকই ।

নাতৈ চাববু ওইগেরা
নাতৈ চাদববু ওইগেরা
খঙলুরবা ফারুরবা চীনফাদু
শিজিন্নহৌবা মাগী হৌনাশানি ।

অর্থ খঙলগা ঙাঙলুবা মান্দে
কাউদনবা শোঞ্জরুবতনি পারা
লম হেনবা অঙাংদো
মঙোন্দ খন্থনবগী মতম ফংদে ।

করিগুম্বদা হায়রকই
মানা শেঞ্জা থুমজা তৌই হায়বগী
প্রমান অমতং পীবা ঙন্নবদি
নিংথৌ ফমদগী তোকপীগে ।

মখৌ পোঙনা লাউরকপসু য়াওই
লৈবাক্কী চাওখৎ খোঙথাং থিন্থহনবদি
মখোয় কৈনোনা য়েৎপননি
ঐখোয় প্রজাগী মীহুৎনা নত্তে ।

অতাবা কনানা ইকায়বসু য়াওই মাগী ৱা
অউবা কনানা নোক্লিংবসু মফাওই
হৌদোংগী মমায়গুম্বা মমায়নি অঙাংগী মমায়
লাউশিল্লমক্তদা খজিক্তুং ফাওবা মঙাঙদে ।

ঐখোয় পুন্না হোৎনমিন্নরদবো
করি তৌবা ঙমদবা লৈখিগদগেসু মহায়
কয়াদা চুম্বা মান্না ঙাঙলিবনো
মেনশিনবা ঙমদ্রবা অঙাংগী মচীন ।

১৮-০৪-২০০৭

# অতিয়া

অঙাং ওইরিঙৈদগী খল্লকপা ব্রাখলনি
অতিয়াসে কোয়বা অমুক্তং চৎকে,
অতিয়াদা কোয়বা অমুক্তং ফংলবদি
কয়াগী মতিক নুঙাইগনি ;
ঙমগদবোই খল্লুই ইরায় লায়না
অদুবু, খ্বাইদগী লুরিবদি
খোঙনা নেৎফম লৈতবসিনি ।

উচেকতৌনা ইশা পানদুনা
পাইবা য়াবসু নত্তবা,
পাইববু য়ারম্লদি ঐনা পাইগদবসি
উচেক্লা পাইরিসিদি কচা ;
পাইবসু ইয়া য়াদ্রবনিনা
ফন চোংখৎতুনা অমুক্তং য়েংসিরা
মওন মওন খল্লি ব্রাখলসিদা ।

নোংমদি ইখঙ খঙহৌদনা চোংখৎলুরে
পাইখৎখরে অতিয়া তম্না,
লেপ্পা লৈতনা পাইখৎখিবনা
পৃথিবীদা কয়াবক হন্না উঙলুরে ;
থেংনরে সেটলাইট মশিং শুনা
অমেরিকানা থাগৎখিবা কয়া
রুসিয়ানা থাগৎখিবা কয়া ।

অসুম অসুম পাইবনা
পৃথিবীগী কুয়োমসি লাম্থোক্তুনা পাইখরে,
গেলেক্সি অমদগী গেলেক্সি অমদা
পৃথিবীদা হল্লককনি হায়বা কাউরুরে ;
শ্বরসি ফুনগদবোই মনিংই
শ্বর হোনবগা কাউখরে
মসিরা ঙমখৈ লৈতবা অতিয়া ।

০৩-০৫-২০০৭

# ইম্ফাল সহর

মিংশেলদগী হেন্না লংলবা
শম মনা অমা হৌদ্রবা
লৱাইদা হাৎহৌই শমচেৎ,
মনম নুংশিবা থাউ তৈদুনা
চাউরবা মিংশেলগী মমাঙদা লেপতুনা
পৈথা পৈথানা ইম্ফাল সহরগী
কুঙলবা দলানগী ৱাংলবা কাদুদা ।

মতম শাংনা কক্লক্তবদগী
শাংলবা ফারবা শম অমদি কোই
মনিং-তম্না হৌরি,
নোংমতসু শেন্বী শাবীবা লৈতে
মালংদা তাউদুনা ফল্লিবা নুপাদু
অহিং নুংথিল নাইদনা ইম্ফাল সহরগী
মী কুঙলবা শরক মতাইদা ।

২৩-০৭-২০০৫

# ইমা

ভারতকী অৱাং-নোংপোক চিদাইদা
মতাই ওইনা থল্লিবী
চীংনা কোয়না পনশাবী
থোকফম লাকফম লৈতবী
চায়োক নাউয়োক ফজবী
অচান মীরাই নাইদবী
লমদম কৈদবু লৈরমগবা
শিরমদাই য়ৌরফাও তুমলিবা
নঙগী নচা অকন অথৌগা মান্নবা !

খৈনা য়াংকোক মওংনি
নুমিৎ তাখিনি খনবদা মিহুন থাহুনসে
চেংচারা খৈগুম চেংগা চেংগুম্নরে
মিকুপ অমগী তুংদা করি ওইনি
ঙায়োক চফুগী ঙানি
ঈশিংদং থল্লগা হিংবা তম্বীরে
অসুক থুনা হৈগনবা নচাশিংদগী
লাকখিগদরা পেন্দবগী ৱাকৎ
লৈতে নঙগুম্না লাইবক ফবী ইমা !

০৩-০৮-১৯৯৩

# ঐ শিখরে

ঐনা শিবগী মরমদা
কনাগুম্বনা থমোয় লায়নানি হায়
বি পি ষ্ট্রোকনি হায়নবসু য়াওই
ওভর দোজনি হায়নবসু কোঙ্গায়নি,
য়াম্না অচুম্বা মান্না ঙাঙনৈ
ময়ামদু তারগা ঐনা নোক্লিংবা খাঙলি ।

ঐদি মঙলাক্লদুনা শিবনি
ভুৎ ময়াম চঙদুনা
ঐগী খৌরি চরম মেৎখি,
কনানো অমতংনা হৌদোকপিনবা
ঐনা কন্না লাউখি লৈজবী থাদুনা
অদুবু, কনান্সু তাবীখিদে ।

মখোয়না ঐগী খৌরি মেৎকে হায়না
লাউ খোংদুনা তান্নরকখি,
ঐনা কন্না চেনখি মায়কৈ খঙদনা
চীং পাৎ তুরেল কয়া ফাওদুনা
চেনবদা ব্রারবা ঐ চেনবা ঙম্লক্তরে
উপথুদুনা তুখি শ্বর ফুনদুনা ।

মথং মথং থুংলখি ভুৎ ময়াম
ঐগী নাক্ত কোয়না লেপ্লখি,
মখোয়বু অমমমতং ওইনা য়েংই
ময়া লিশিং অমা পানবা
ময়া ঙাক্ত ঙায়বদুনা হায়রকই
পৈশা পিরবদি হাৎপিরোই ।

মখল খুদিংগী খুৎলায় পায়রবা
মখুৎ অশাং-অশাংবা পানবা
মখুৎকী মখুৎ ঙাক্ত ঙায়বদুনা
মখুৎ ময়ামদু উৎলদুনা লাউরকই,
হে লায়রবা মী নঙ খঙউ
ঐনা লায়রবা মুৎথৎকদৌরিবনি ।

অঙকপা অকিবা ফিভম ঙাক্তনি
মমিৎ ঙাক্ত পানবসু ময়াওই
মনাগী মনা ঙাক্ত ঙায়বসু ময়াওই,
মখোয় ময়াম চঙদুনা
ঐনা মিকপ থোকপা নঙদ্রিঁভে
ঐবু নুংশি হৈতনা হাৎতোকপিখিবনি ।

২৩-০৪-২০০৭

# ঐগী কুতু

ঐগী কুতু হায়রিবসি
নুংশিনা লোইজবা ঐগী হূইনি,
ঐনা চৎথোকলুবগী হনজিল্লকপদা
মাগা করিগুম্বা মায়োক্লরবা
খোংদনা তোক্তে গৌ-গৌ,
ঐনা হায় খুৎ থাংগৎতুনা
ঐনি কুতু
মানা খোংই গৌ-গৌ,
করি হায়রিবনো খঙদে
তৌবতদি মমৈদু হাই ফেরে ফেরে ।

অতোপ্পা মী চংলকপকদি ময়াদ্রে
হেক্ত খোংই গৌ-গৌ,
মশোং ফনগৎলি
মমৈকা হাই লাকপা তৌদে
খাম লাকপগা য়াপোৎ নত্তে,
ঐনা মাবু লোইরিবসু
মাগী মথৌ অদুগীদমক্তনি,
মীনা য়ুমদগী পোৎ অমা পুখিবা
মীগী মপোৎ ওইরবসু
ঐঙোন্দ ব্রাকৎতনা তোক্তে গৌ-গৌ ।

ঐনা খ্বাইদগী ব্রাবদি
আইন ঙাক্লবা থল্লিবা মঙোন্দ
আইন তম্বীবা য়াদবা অসিনি
মসিমতদি মহাক খঙউ ময়াদ্রে,

সু-কা হায়রুবা য়াদে
মসুং মমান্নবরকা খঙলোই
হেক্ত হোৎচিনখিনি,
মিকুপ অমতং খন্থরম্বা তৌরোই
অঙকপা মাগী মগুলনি
মসিমদি পৃথিবীনা শোয়দনা ঙক্কনি ।

১৯-০৪-২০০৭

# ঐবু খঙবীয়ু

নোংমা ঐগী ইরুমদা ফম্বা ফংজবদা
কয়াদা হরাওখি লম্বী চৎপা নখোয়
ঐগী ফল্লবা ইশা ইরেং
পুংলবা নৌরবা ইনা কয়াগী মখাদা
ফাওখিবা ফজরবা ব্রাখল কাউরগদ্রা !

নখোয়না হায়খি ঙাংনখি মরক মরক্ত
"অসিগুম্বা উ-ব্রাশিং অসিনা
মফম মফম খুদিংদা হৌরগদি
ওলাং মৈশানা চাক্লবা মালেমসে
কয়াদা ইংগদবা নুঙাইগদবনো " ।

লমজাওদা হুম্বা মালংবসু
ঐগী ইনাক্ত হুম্বা নুংশিৎসু অমতনি
অদুবু মালংগী শহুম ফংবদা নখোয়না হায়খি
"নুঙাই হায়বদি ফত্তে হায়নৈ
হকচিক ওন্থোক্লা লাংখ্রেদা " ।

মালংবা মানা কয়াদা চাউথোকচৈ
মহাক য়াওদ্রবদি তাইবংসি হিংবা ঙমলোই
তাইবংনা মতিক মগুনবু শোন্নে হায়দুনা
মহাক্লা তত্তনা তম্মী ঙাথু থেংথু ঐঙোন্দ
ঐদি খঙই মহাক হুসু পুবা ঙম্বনি ।

মহাক্লা করিগুম্বা হু অদুতং পুরকত্রবা
মহাক অসি কয়াদা ফরমগনি
ঐনা হেক হেক হোৎনজৈ
মহাক্কী মপুকচেল শেংদোক্লবা
ঐনা হেক মহাক্ক উনজরকপদগী ।

অদুবু করিগীনো নোংমা মহাক্না
অকনবা শফুগা লোয়ননা হুমদৎলৈ
ঐগী ইশা ইরেং অপুম্বা থুদেক্লে
ইরু ফাওবা ফুক্তুনা হুমদোক্কে খনখি
মহাক্কী লমচৎতুদা ঐনা কয়াদা মীপাইজখি ।

মতেক মতেক ফুদেক্তুনা তারবা ইশা ইরেং
ঐগীনি ঐগীনি হায়না খুনজিন্নখি নখোয়না
ইরু কোল্লবা মতমদুদদি থৌশাবীদ্রে
ইখোঙ থেংনা য়ানথৎলসি ফাওবা খন্নখি
কনানসু ঐবু থওইবীরক্তরে ।

নোংলৈ পুবা মহাকপু অসুক্কী মতিক তুক্কচখি
লন-থুম কয়া মাঙ তাকহনখি
পুন্সি কয়াবু অৱা হেদো লাংহনখি
চেকশিলহৌদবা মিকুপতা হু পুদুনা অমুক লাল্লগদি
তাইবং পুম্বা করম্না কনগনি ।

ময়াম্না মতম চুপ্পদা ঐবু খঙবীয়ু
কনাগীসু ফৎতনবা খল্লরোইদবা ঐ নত্তরা
পুন্সি চুপ্পা নখোয়গীদমক হিংজনিংই
ঐবু মতেং খজিক্তং পাংবীয়ু হিংজনবা
নখোয়দা পাংজরক্কে খনবা মতেং চমা চমানি ।

৩০-০৬-১৯৯৩

# কনাগীদমক করিগীদমক

মীপুম খুদিংনা কাউথোক্লরবসু
তৌগদবদুদি অদুম লৈ মাংমক্তদা,
অরোয়বা নুংশা শ্বর হোন্দুনা
মীপুম খুদিংনা চৎখ্রবা তুংদসু
লেঙদনা অসুম লৈহৌই ।

মিকুপকী নুঙাইবা খুদক্কী অপাম্বা
ফংলগা পেঞ্জবা ইন্দ্রিনি
মন্থবা নাইবা হকচাং পোলাংদা,
নিংবা থুংবদি লৈতে থমোয়না
মসিরা নঙগী অপাম্বা ।

কদায়দা লৈ তৌগদবদো
নিংবা থুংবা ফংগদবদো
লৈদা লৈব্রা ফাগী নৎত্রনে,
লৈরগা উনাদ্রিবনা করিগী
অদুদি, ওইরম্বা য়াই কাউগনবনা ।

তশেংনা হেক্ত কাউসিন্নবরনে
কাউগে হায়না কাউবদি নত্তেকো
অসুম্না খল্লি ঐনদি ।

থাবল ফবা অহিংগী অইংবা
ঙ্গাঙান্নবা নোংজাবীগী ফজবা
চীংয়াগী নুংশিবা শক্তম
পাৎয়াগী নুঙোলবা খুদিংসে
ময়া ঙাক্তনি পুক্লিংবু পেলহনবা
করিগুম্বদা থমোয় শোক্লা কপহনবা ।

পেঞ্জবা মিকুপ লাক্লবদা
অসুম্না নোকপা মখৈ নোকহল্লে
অউবা কনাবু কল্লকহল্লে,
কপ্পা মখৈসু কপহল্লি লোন্না
অখঙবা কনানা পেন্নহন্নবা
হন্থরকপদা মোংফমদি কয়াদা নকশিল্লম্লবা ।

কোম্বান য়ৌরবা মতম অদুদা
অমুক্তা ৱাংমা লান্না চোংনিংখ্রেদা
খুদুপ তরেৎমুক্তং শাংবদো,
অদুবু হেক ঙম্লবা
নীংবা থুংগদবা মানখ্রেদা
ভাব তানা তৌগদবদো তৌজগে
কনানো মতেং অমাতা পাংবীয়ু ।

হনুথংদুদা, কম্লাক কুরু শুংলবা মতমদুদা
করিনো অমুক তৌবা ঙমদৌরিবা,
শিদৌ লৈরবদি খরা থুনা শিজখ্রো
অমুক হায়রক্কনি মশা ফবা
ভাব তাবা শাবশিংদুনা
মমিৎ পাঙনা উদবশিংদুনা
তৌগদবা মমাংদা লৈনা উদবশিংদুনা
ফজৈ হায়রবসু ফজবা খঙপোৎ নত্তে
মখোয়নসু তৌরম্লোই তৌগদবা অদুদি
অদুম লেংদনা লৈহৌনি ।

পাক চাউখ্রবা তাইবংপালনি
লোইবগী ঙ[illegible]খৈ নাইদে
কনানা করি তৌরিবা
খঙবদি কনা[illegible]মনদে,
উনরিবা হায়ববু মিংনা উবা

পিকক্র পিকপা পৃথিবী
সিমখক্তনি শাইদাংফম
অহৌবা অরোয়বগী চংজফম ।

করিনো পৃথিবী হায়বা অসিবো
কদায়দগী কদায়দা লাকপনো
করম্বা মতমদা কদায়দা চৎতৌরিবা,
কনানো ঐখোয়না ব্রাখল লৈ হায়নবা
তাইবং মী হায়রিবশিং অসিনা
চিন্দনা অমা তৌবনা অমা
মসিবু কনাগীদমক করিগীদমক্তনো ।

তৌগদবা অচুম্বদো করিনো তৌহন্নিংখ্রে
কান্নররোই খল্লম্বসু য়াই
উপাই অমা উরমদবসু য়াই,
নুংদি নুংশিখ্রেদকো মীওইবা কৌবা
নুঙাইবা অসুক পাম্বা কাংবুসে
মাঙখিগদৌবা পামুইদা জগৎতগী
অসিমখক্তংদি হায়নিংখ্রেদা ঐবো
মৈশাদি অসুম শাবা হেনগৎলক্লি ।

০৫-০৯-১৯৮৯

# কাঙগী মথা

কাঙগী পিল্লবা মথাদুনা খল্লি
মহাকসু মী অমুক্তং ওইবা ফংলদি,
রোকেট তোংবা ফংগনি
হুইসকী থকপা ফংগনি
মথোন তরা ৱাংলবা
এ সিগী কাদা লৈবা ফংগনি,
মীনা হেক তৌরিমখৈ
অফববু ওইগেরা
অদুগা, ফত্তববু ওইগেরা
লোইনা তৌবা ঙমগনি ।

অসুম অসুম খনবনা
মাগী পিল্লবা মথাদু
পৃথিবী অসিমুক চাউখরে,
লাম্বা পাগে খনখরে
লাই কোটি কুনথ্রাহুমদোই লাল্লসু
পোল্লবদি শিবা তাই
শিবা কিবা হৌনদে,
খল্লক্লে মী চিল্লগে
মীগী ঈ থল্লগে
মী ওনব্রা য়েংলগে ।

মীগী ঈ ঈখৌ লাংলবা
মচিন য়েৎতুম পানবা মহাক,
পাইবা হৌরক্লে
মশা অনি খপতুনা
মাইকৈ শিনবা থুংনা
মীগী ঈ থিবা হৌরক্লে,
কাউখ্রে মহাক
মীগী খুৎতা অমুক্তং তাখিবদা
মশক মশা উবা ফংদবমখৈ
থৱায়গা হকচাংগা খাইননি ।

১৬-০৪-২০০৭

# কুমগী নোং

হে ইমা, মৈতৈ লৈমা নুংশিবী
অকনবা পোকপিনি হায়নৈ নঙদি
মীথোই মীহেনবীনি খঙনৈ তাইবংনা নমোম
শোন্নে নঙগী মীংলেন সনালৈপাক কংলৈপাক;
কনাগী মপান তাংদনা
ইংনা তপ্পা পানজবী
অচুম্বা চৎপী ইরৈপাক
নঙনি ইমা লাল্লবরনে নচানা ।

অদুবু, ঙসিদি করি ওইরে
নঙগী ফিভম নঙগী শক্তম
লৈরমখিগদরা নঙগুম্বী অমা মালেমসিদা
লাইবক থিবী মৈশা লাংবী;
শিৎতে নঙগী নতম্বাক্ত অইংবা নুংশিৎ
চুদে কুমগী নোং নতম্বাক্ত মতম চানা
তাদে অমেংবা অথোৎপা খোঞ্জেল নশাইকোন্দ
ব্রজ তাই নোং চুদনা
লুট চংই নুংথিল পোবোপমক্তদা ।

নাকল অমারোমদনা নাহেখোল
নত্তে লাইবক থিরবা
অতোপ্পা মীতোপ কনা অমাগী,
চাদ থক্তবদগী ব্রানথরবা নচাশিং
হাইথরক্লেনে ঙসিগী তাইবং কৈথেল মচিদা ;
খরক খরক কংলবা চিনবান্না শোল্লি
ঈশিং মনিক অমতং সুপ্পগী,
অঙ[illegible]পনি থোক্লিবা থৌদোকসে

নোংদি চুই ঈশিংদি ফংদে
উফুল্লক্ত তারবা ফিমল শেৎলবা ঙাকনি
কৈদৌঙৈনো নঙগী শেবা তৌরগদ্দবা ।

তোংশাদা ঈ চেল্লক্কবা
শরুদা উনশানা কুপ্লি হায়বতা ঙায়রবা
মখোয়না লাউরি খোঞ্জেল থোকপা ঙমদনা
শুম চারবা লাঙ্গোল পায়দুনা;
কৈরোয় লৈকায়গীদি চুখরে
কুমগী নোংবু চুথরো
স্নাচীং মতোন থুমহৎলো
হনুবী হনুবা তাউথরো,
লাউজৈ হায়বতা মঙায়রে
চৎলম্বা লৈক্রক্তি থোইনা হেন্না লাওরকই ।

অপায়বা লৈচিন উরগা
হরাওনিঙাই লৈত্রে অশা অমগীদমক
পাইখিনি হুমখিনি অকনবা মালংনা
উপাই করিসু লৈরোই
নোংথাং ঙাইহাক কুপ্লম্বা নত্তনা;
মাঙখিনি নোংথাং তিনখিনি মালংদা
উহৌরোই লম্বী মাঙখিনি অমম্বা মরক্ত
অমখক্ত ঙায়রবা মীওইবগী জগৎ অসিদা
অসুম্না হিংবা অসিনিকো পুন্সি ।

চীংনা কোয়না পনশায় কান্নদে
য়ুথখি চুমথখি ইরিদি অরেপ্পা লৈতনা
চমলবদা লৈপাক লেহ্াওনা
কদায় নঙগী পামুজরবা মনি পান্বী ;
তুথখ্রে অমুক হন্না নঙগী নতমবাক্ত
কুমগী নোংসু মরাকপা লৈখিদ্রবা
মতমসিদা কৈদনো ইমা নঙবু
করম থোল্লগবা নঙগী লাইবকসে ।

১৮-১২-১৯৮৪

# কুম্মৈ

অঙকপা ময়াম পুথোকপা ঙম্বা
অঙকপা মিংথোল পিশিনবা ঙম্বা
অঙকপা জিবদুগী লোইনাইদ্রবা ইতিহাস
লোইহনবা ঙমলে ঙসিদি মিকুপ্তু
মশা মথন্তগী ব্রাখলদা
মশা মদোমতগী খুৎশেমগী মহৈনা !

অমনা অমবু উশিংতে
মশানা মশাবু মশক খঙবা ঙমজদে
মন্থরক্তবরা শরু পোলাংগী কুয়োম
মখুৎ অনি ফন্দোক্তুনা চৎলিবা
অরোনবা অমম্বা কাচিন কয়া
করিগী শেমলি তিনগদবা লৈরবা লৈনুংদুদা !

তাৎ তৌদুনা মীনম্বা ঙাংবা ঙম্বা
লুখমদা মমিৎ পানবা
মমায়দা শা-উন উপ্পা মহাক্লা
ঈ-গী মমল খঙবা ঙম্লম্লবা
করিগী তৈশিল্লমগদগে মশাগী অমোৎপা
অতোপ্পা কনাগী সনাগী হকচাংদা !

অপৈবা হৈনবা অচুম্বা খঙবা
অঙানবা উরসু অমম্বদা লৈবা মহাক্লা
করিগী য়েংলি মমিৎ পৈনা পৈনা
নোকপদা চিংলি মখয়াৎ পৈনা পৈনা
মুকপু সনাগী মমলদগী তাংনা লেপ্পা ঙম্লবা
মিৎপু খুৎনা করিগী মীনম্বা ঙম্লোইদগে !

অশংবা লমপাক অহাঙবা লমহাঙ
মহৌশাগী শান্নফম অচিকপা লৈকোল
মীকপ মীরাওখোলনা নিলহল্লে
লৈগী মচু ঈনা শঙলে
খঙলে উমংগী অকনবা চৎনবী
তোপতোপ্পা অঙকপা কুম্মৈনি জগৎ অসিগী !

০২-০৫-১৯৯১

# খুদোল

নাকোংনা তাবা ঙম্না
অহৌবা খোঞ্জেল ফনা তারে
থোইদোক্লা অকি তুজুংবা ফাওদে
অয়াম্বনা থমোয় অসিদা ;
অদুবু, মমিৎ লংথোক্তুনা
অমুক্লা উইরুম উইরুম তৌদুনা
করেম্লনা ঙাঙলক্লিবা লাউরক্লিবা
মীবু মী ওইনা উদবগী
মী উশিংতবগী খোঞ্জেল অসিমদি
অসুক্কী মতিক তাবদা নুঙাইতে
হকচাং অসে থক থক নিকই ।

অমম অথেং অহিং তাল্লক্তনা
বুৎ শঙ্গু শঙ্গুগী মখোল তারকপা
মিহুন চেংগা চেংগুম্নহল্লি
থব্রায়সে মপান থোকখ্রদবোই খন্দবা য়াদে ;
কদোমদনো খঙদবা নোংমৈ মখোল
অনকপা অরাপ্পা থিদনা
তাবু তাখ্রবদি শোয়দরে
নোং ঙানবদা মরাল কয়া লৈরবা
মাগী ব্রাকৎ কনানাসু তাবীররোইদবা
খোঞ্জেল থোক্তনা লাউরিবা
থব্রায় য়াওদ্রবা হকচাং ।

মায়কৈ খুদিং য়েংবদা
মচা কায়নরবী মমাগী তেংথাখোল
মনুং মতম চাদনা মপাং শেৎনখ্রবী
নুজা কনাগী মীকপ মীরাওখোলনা নিল্লে ;

হোরেল করি হয়েং করি খঙদ্রবা
প্রজা কয়ানা লাউরি অহিং নুংথিল
মী ওইনা হিংজনবগী হক পিয়ু
পন্থবা নাইদবা পাউখুম ওইনা
তিয়ার গ্যাসকী মৈখু মরক্ত
মফি মরোল থোংদ্রবা ব্বায়েলনা
অতম্বনা পিরকই মিশি মতুম ।

০৪-০৫-২০০৭

# গধাগী লুচিংবা

শঙ্গু নাইনা লৈবা
গধাগী লুচিংবা কনানা ওইগনি,
গধাগী লুচিংবা খননাবা
গধাগী মরক্ত খন্নবা হৈগদ্রনে,
মখোয়গী লৈবাক ঙাক্লবা
মখোয়গী মরক্ত ব্রা খন্নরমগদ্রনে ?

মখোয়গী মরক্ত অতোপ্পা জিব অমনা
লুচিংবা ওইবা মখোয় য়ানিংগদ্রনে,
পামদবা লৈঙাক চৎথরক্লবদি
গধাগী করি উপাই থিগনি,
মখোয়গী লৈফম থাদোক্তুনা
অতোপ্পা মফম থিদুনা চেনগদ্রনে ?

গধাগীসু লুচিংবা লৈরম্লগদি
গধাসু চাওখৎপা পাম্লম্লোইদ্রনে,
হুং ! ঐ থাজবা ঙমদেদা
গধাগী লুচিংবা লৈরমগদ্রনে,
করিগুম্বা গধাগী লুচিংবা লৈরম্লগদি
গধানা শুংশোয় শোয়দনা ওইরোইদ্রনে ?

০৩-০৫-২০০৫

# চৎনবী

কল্লবা ঈথক ঈপোম্মা থেংবদা
ময়ি চৎলবা লৈরায়না নিংখায়খি
জম লাউবা খোঞ্জেল তাহৌবা
থৌনাইদবা কনাদি মিপাইখি,
পাথোক্লরোই খঙলবদা ঈচেলনা
নিঙাইদনা য়াতাখিবা নত্তরা
হুমাংনা চামথোক্লবা হকচাংনা
মীচিক মীবাওখোল তাদ্রবা
থেঙলবা অহিংগী মমৈদা;
পাথোক্লম্লবদি ঈরৈ কল্লবা ঈচেলদুনা
খঙহৌদনা নুঙাইবা মরক্ত
লৈপাক মীযাম ব্রানগনি,
হংনরক্কনি করম্না থোকখিবনো
লৈবাক্কী মচি মচি খুদিংদা
ফোঙদোক্লরক্কনি পেন্নদবা কয়া
লৈবাক ইরাং হৌনি
কাউননি প্রজানা চরা হেলহৌনি ।

ভাব তানৈ লৈবাক মীয়াম
ঙাংনৈ খন্নৈ অফ ফত্ত খুদিংমক;
ব্রারেম ঙাংবী শুনিংদবী
মতমগী ছাত্রি অফাওবী
মী চেনবী হেলোই শকহেনবী
মৈচম ফাওবা ওইনিংদে,
নুপানবু মতোযনা শুনিংদ্রবা
হঞ্জিল্লকপদা ইমুংদা লানজাও
মরাল লৈজদবা অঙাং মচাদুনা
কাংথোল মথন্ত হঙ্গর-স্ত্রাইক,

থাবল ফবা অহিংদ
য়ুমথক্ত থৱানমীচাক মশিং য়াম্লনি,
চানিঙাই লৈরক্তুবদা অফ ফত্ত খল্লরোই
মখুৎ মশা শাংলনি
শুদনা নুঙাইনিংবা কয়াসিনা
পৃথি অসে লুমহল্লবনি
হিংবদা হরাউদ্রবা মীরেম ঙাক্তনি ।

নুংদি নুঙাইবনিদা হায়শিন্নবা নত্তেকো
নহা ওইরিঙৈ পুন্সিসে
কৃষ্ণ জর্ম্ম থৌরানি জর্ম্ম নুমিত্ত
পাৎতা থমচেৎ চাবা চৎমিন্না
কিহোম মশুং ইন্নদুনা চামিন্না,
য়াওশং ওইরে থাবলদা
খুৎ য়েৎকা ওইগা পায়নঙৈ
থমোয় ফিগৈ শেংদোক্লে,
কাং ওইরে মানদবতা
খুবাক ইশৈ শকমিন্নে,
বারুনি চীং কাঙৈদা
থাশিরমদাই অমম্বা অহিংদো
হুমাং তাখিবা খঙহৌদে,
চৈরাউ চীংগী চীংখোংদা
ঙাইহাক অৱা পোত্থাঙৈ
শজিবুগী তমথিবা নোংলিক্লা য়ৈবা মরক্ত
পামেল য়েন্নিংদুম হুল্লমগদ্রা নিংইদো ।

থৌনা ফবা ফবীশিংগী লৈবাক্লি
মরৈবাক নিংবশিংগী লমদমনি
মীখা পোনবা হৈতবা জাতিনি,
হায়নৈ মীখা পোন্না হিংগদবগী শরুক

মিকুপ অমতং নীং-তম্না হিংলম্বনা
শরুক চাম হেন্না ফৈ,
মশাগীতা খনবা মহাক অদুদি
অশিবগা চপ মান্নে,
পুব্বারিনা শাখি নৎত্রনে
শোক্লখিবনি থব্রায়না পোম্থা ওইবা লাল
নুমিৎ তাদে হায়নবা ইংরেজশিংগা,
য়াহিপ তানখি থৌনা ফবশিং
য়াওরদ্রে মীওইবা জাতিগী লমজেনদা ঙসি,
কুমওন লাকপা খুদিংদা মীরোলসিনা
ফিঙৌ শেৎতুনা নিংশিং থৌরমদি পাংথোক্লি
কৈদৌরুনি নুংগী ব্রাখল্লোনদি থিদনা
চৎনবী ওইনা থুপচিনখ্রসি ইতিহাস ।

১৩-০৮-১৯৮৭

# তাইওন্নরে তাইবংপাল

ঐগা নঙগা ৱাখল মান্নদবা য়াম্না লৈ
অদুনা ঐ তশেংনা নঙোন্দ
শাউনিংবা কয়া ৱারৌবা কয়া লৈ
ঐদি মসি হায়নিংদবনি
অসুক কুইরবসে খাঙদুনা লাক্লিবনি
অদুবু, নঙনা খঙনিংলগদি হায়রগে ।

ঐদি তাইবংপালসে
ফজবা নুঙাইবনা পিক থলহন্নিংই
অৱাবা নুঙাইতবা অমতা লৈহন্নিংদে
নঙগী অৱা নুঙাই অনিনা
তাইবংপাল শেম্মী হায়বা ৱাফমসি
নঙনা শেমজিনদুনা থোকহনবনি ।

অৱাবা হায়বা পোৎলুম অসিনা
মীওই কয়াবু হিংবগী মহাও য়াওহন্দে
হিংনিংদবদগী শিখিবসু কোঙ্গায়নি
চুম্মী মখোয় পাঙদবনা ওইবসু য়াই
অদুবু, অৱাবা হায়দু লৈরমদ্রবদি
মখোয় নুঙাইনদি লৈজরমগদবনি ।

ঐনা নঙগুম্না সংসারসি শেম্লম্লবা
ঐদি তাইবং মীশিংসে নুঙাইহল্লমগনি
মানা মানা নিংবা লোইনা থুংহল্লমগনি
নত্তে মী হাৎপবু হাৎহনবা
হুরানববু মনিং তম্না হুরালহনবা
মসিদি পাপকি মশক ঙাক্তনি ।

ওইনিংবা খুদিং নিংথৌ ওইবা নত্তে
নিংথৌ হায়বদুমা লৈররোইদবনি
মী খুদিং চপ মান্নহল্লগদবনি
হায়বদি নুঙাই য়াইফবা চপ মান্নহনবা
অমনা অমবু ইকাইখুম্নহনবা
নুংশি চান্ননা লৈনহনবগী ৱানি ।

ডাক্তর ওইবা পাম্বদুনা ওইহনগদবনি
হৌজিক্তি লোইনা ওন্নরেদনা শে
লৌ উগদবা কাংবুদুনা রাজনিতি তৌরে
হায়রুরগা য়ারোই হেক্ত হায়
মদুদনি খুৎশেমসে লাল্লে হায়নিংলিসে
হৈতনা শেল্লবনিনা লোইনা কায়রে ।

মীওইবা অমা ওইরগা
শাগী লিচৎ চৎলবদি
শাগা করি খেৎনরিবগে
হোয়, মীওইবসু জিব অমনি
অফ ফত্তগী ৱাখল খনবা ঙম্বা
অদুগা করিগী শাগী কাংলুপ্ত থমগনি ।

হাৎনা শুনবদনা কয়ামা শি নোংমদা
লায়না তিন্ননা কয়াম হাৎলি
সিরো নঙনা য়েংবদা নুঙাইরিসিবো
চিন্দনা নঙগী মিংবু শোল্লগা
খুৎতনা অমা তৌরিবসে উরবসু
নঙগী থমোয়না পেঞ্জরবা নত্তরা ।

মীনা ৱারগা নুঙাইবা ঙম্বা
অকনবা থমোয় পানবা নঙদি
তাইবংদা নশক উৎপা ঙম্লনুকো
নঙবু উরগা চৈবিগদবদো খনবদা
পিজরগে শকউদবা মিংথোলসে
লৌরো লৎনহৈদবা খুদোলনি ।

৩০-০৪-২০০৭

# তাকপিয়ু থমোয় শেংনা

চৎশি চৎশিতা মহায়
কনাসু চৎপদি লৈতে
লম্বী লৈবসু উদে,
য়েংলুবদা লোইনমক লৈরম্মী
তুংদা খুৎ পুনদুনা
মচিনতমক লাউদুনা ।

হংশিরা ঐবু লম্বী
চংশিরা ঐবু কনাগা
হৌরুরদি কনাসু য়ারক্লোই,
অপঙনি শোয়দনা হায়নখিনি
ঐবু তশেংনা শিংলব্রনে
পাওদবা হায়দু কা ওইরিদরা ।

তাল্লিবা পন্থুং অদুনা
কয়া লাপ্না লৈরিবা
অমুক্তদি তাকপিয়ু থমোয় শেংনা,
ঐনা চৎপা ঙমহৌদ্রবসু
তুংদা কনাগুম্বনা চৎচনবা
মরৈবাক মজাতিবু কন্নবা ।

২৪-০৭-২০০৫

# তোল্লবা শা অদু

মমিৎ তুশিন্নে কুফেৎ কাফেৎ তৌশিন্নে
মনা তেশিন্নে প্রদাক প্রদাক তাহল্লি
মঙক নোনশিন্নে ফেৎ ফেৎ হাইশিন্নে
মখোঙ কারল চৎলি তুরোই ঙল্লোই লেপশিন্নে,
তনানবা মীগী হকচাংদা তপলপ
মরেং অমুক অনিরক শৎ শৎ তকশিল্লি ।

ফৎ ফৎ কনথোকই উফুল ব্রাইফুল মীদু
উশিন্নদে মমায় লৈথোকশিন্নে শাদু
অপংবা শানি খন্দুনা নুংশিনা মীদুনা
মরেংবান্দ পোপ পোপ থাবীরুই,
শা অদুনা চৈনা ফংদ্রবদুদদি খনখি
ঐবু ওন্থোক্না নুংশিবীখ্রপোৎনি পামজখ্রপোৎনি ।

নমথাক তৌবা য়ারে খল্লক্লে শাদু
তিল য়োৎথদুনা ঙাইহাক খল্লবা মতুংদা
ঙাংজবা হৌই উরুবা থেংনরুবা খুদিংদা,
"ঐগী চমজবা ইতৌসিদা
ঐবু ফৈ হায়দুনা মীনা য়াম্না থাগৎনরকই
ইবুঙো সিবি নঙমুক ফবসে লৈত্রে হায়দুনা" ।

অরাওবা মমিৎ লাওথোক্তুনা য়েংই লোন্না
অফনবা মনা থাঙ্গৎতুনা তায় তুমিন তুমিন
মাবু খঙবা উবা য়াওরবরা খল্লমাল্লে ;
হাৎলগে খন্দুনা তেমশিংনরকখিবদো
থেংনরুবা ঐদি মিৎতগী পি তাখি নোংমা
মী পুন্নমক শিবা তারে খনখি ।

মায়খুম অমা উপশিল্লগা লাকই নোংমা
মীরোল ঙাংলৈ চিরোল তৌদুনা
ঐনা খনখি মীওইবগী লোন অসিবু
চিরোল তৌনবা পাম্বৈ অমরা,
নত্তে তোল্লবা শা অদুনা তম্বনি
তোল্লবা শা অদু শা অদুম ওইগনি ।

০১-০৭-১৯৯৩

# থোপতা অপুন্বা শন্থি

অচুম্বা ঙাংবনা মায় পাকই
ওইদবা ঙাংবনা মফরে ঙাংনৈ
করি হায়রিবনো ভাব তাবা ঙমদে
অচুম্বসু ঙাংবা ওইদবসু ঙাংবা
মায় পাক্লবা অফবা পুরক্লবা
ওইথোকপরনে অচুম্বগা ওইদবগা পুনবসে ?

মীহাৎপনা হাৎতে হায়
লোইশং মকোক্লা শেনজা থুমজা তৌই হায়
অঙম্বনা মীচং শঙ্গল নাইরে হায়
লাইরিক হৈবা নহারোলদা থবক পিদে হায়
শেল থুমগী ফিভম ফগৎনবা থৌরাং তৌদে হায়
লৈবাক্কী মপি মপা ওইবশিং মতিক চারিব্রা ?

কৈথেল ময়োল অপুম অশা মনম
অমোৎ অকায় ফত্ত হাওদি লংথোকফম
ব্রান-ব্রেগী অর্থ পার্কিংনা হনবা লম
মচি মরুমদা অরোনবা কা
খঙবা খঙদবা মরন্নাই ব্রাফম
মিরাংদা থুরবা তিল নাম্থোকপা ব্রাদরা ?

লৈকংলাদা পাম্বী হৌবা তাঙনা থোকই
অতিয়া খুৎনা লাম্বা ফংই
নুমিৎতা থানা কোয়না কোয়না চৎলি
উপাল ব্রাপাল ব্রা ঙাঙনৈ
জিব খুদিংমক শিব নাই
নোংমা পৃথিবীদি মপুন্সি লোইরোইদরা ?

শোয়গনবা মানা মীগী অশোয়বতা য়েংই
অফবা উরগা তারগা খাঙবা ঙমদবদুনা
মথন্ত থাগৎচৈ কাচিন কোয়া য়ৌনা
মানা তৌবনা মফরে খনবা মহাক
মীপুম খুদিং হুন্দুনা ঙাঙলগা পেঞ্জে
নাইতোম তাহৌরোইদ্রা কাইনথংদা মাবু ?

অঙাং ওইরিঙৈদা খুৎতা খোর্জে অমা পায়
অঙৌবা চেবাং মথক্তা খোংখি
চুম্মী হায়না খন্দুনা খুৎই ময়েক
ফৈনা য়ুংনা খ্রো খ্রো অমুক খোংচিল্লি
চুম্মী লাল্লি ঙাক্তা ঙাইখি কোক্ত
শেগায়খিবা নংত্র চেবাং মচেৎ লমদমসিদা ?

প্রজাগী য়াইফনবা থবক তৌবদা
পার্সেনটেজ খোংলিবা কনানো
খ্বাইদগী মোৎপা মপুকচেলদুদা
খ্বাইদগী থাজরুরিবা করিগীনো
ওইজবা খরা ফংগনি হায়রদি
মশানা মশাবু কাউথোকপা ঙমনরি ।

করিগুম্বা থোপ অসি লৌথোক্কুনা
অমোৎ অকায় শেংদোকপা য়ারম্লবা
খোংউপতগী উফুল ব্রাইফুল কনথোকপদৌনা
নত্তে, মহৈগী মতম য়ৌরক্লবসিদা
খোঙদা হূইথি ফাওবা তৈদ্রবসিদা
করিগী থোপতা অপুম্বা শন্থি ?

০৯-০৭-১৯৯৩

# থব্রায় য়াওদবা য়ুম

মথৌনা লৈবা মী অদু নোংমা নোকহৌই
মনা পায়দুনা চিংহৌই কনা অমনা
মনাতোনদা খুজিন্না শিকপসু য়াওহৌই
মশম পায়দুনা চিংবদা নাচুংবীদে,
করিগীনো মাবু মরাল লৈবরনে
নৎত্রগা, করিগী অদুম্না মমিৎ উইশিন্দুনা
মপি চদুম চদুম শিন্থরমক্তদা কপত্রিবা
মদু মীওইবগী লিচৎ নত্তবনা হৈনরমগনিদি থাজদে ।

হনবা লৈতনা নোংজু নুংশাদা থবক শুবা উবদা
য়েংলিবশিংদুনা থাগৎশিন্নে মায় ওনশিন্নরিঙৈ
"শুবা নোম্বা কনবনিনা নোংমা শোয়দনা নুঙাইরকখিনি
করিগী মীকোক থোংবা ঙমলোইদগে"
মায় ওন্থোক্লখিবদা কল্লক পেন্না অমুক ঙাংনৈ
"মেচিনগী মতম অসিদা মহাক্লা
য়োৎপাক পায়দুনা মতম মাঙহন্দুনা মশা তেকহল্লে
গধাদগী হেন্না পঙবা জিবা হায়দু মহাক্লি" ।

অশিংবা শাবা কাঙবুদু য়াম্না হৈ উশিন্নদবা
খঙবা শাবা কাঙবুদু অসুক্কী মতিক ফত্তে
করিগুম্বদা নোনজহন্নিংই হায়জহন্নিংই মখোয়দা
হুমাংগী মহুৎ ঈ ওইনা শিন্থরক্লবা নুপাদুনা
শাগৎলকই য়ুমজাও অঙকপা ফংনা মথন্নতা,
খৎনবা হৌবীরে লম হেনজিল্লি হায়জনদুনা
হুরানবনি হায়বীদুনা খোয়দৌ থিৎনা লক্লবীরবা তুংদা
হাৎতোকপিরেদনা তানজা য়েংদুনা তৌ-ঙম্বা ময়াম চংদুনা ।

শেমজিল্লে শাজিল্লে ফজহল্লে য়ুমজাও
অৱা পোৎথানৈ চংজফম লৌনৈ ময়াম
চাউথোকচৈ মখোয় মশেল মখোয় মঙায়রে হায়দুনা
অতোপ্পা ফুরুপ কয়াগী মমাঙদা ইকায়বা খঙদে
উৎচৈ লাউজৈ য়েংবীরনবা খঙবীরনবা য়ুমজাওদো,
মী ওইরবা মীগী মশক মুন্না খঙবশিংনা নোক্লরম্মী
"থৱায় য়াওদে অসুক ফজখ্রবা য়ুমজাওসে
হুরাল্লগা লৌহৌবা শোয়দনা ওইরমগনি"।

০৭-০৭-১৯৯৩

# নিপালশুবা অঙকপা

ঈশ্বর ফাওবা পিথোক্লবসু
নঙগীনি হায়না নফমদা
নঙগী অপাম্বা লোইবা নাইদে,
অপাম্বদু ফংনবা হোৎনবদা
লাক্কদবা খুদোংথিবদু তাক্লবসু
মদু নঙনা খন্থবা পামদে
সুপ্নগী পাল্লিবা পোৎতু নত্তনা,
খুদোংথিবা তারবসু নাচুংদে
নান্থোক্লবা উপাই থিবা তৌদে
কপতুনা লৈথোকপা ঙম্মী !

লোন্না থুপনা তৌবা থবক্তি
পাপ কয়ানা য়োম্বনি
ফোংনা তৌরগনা পুইন্যনি হায়গেরা,
অমতংগী সেবাদা
পেল্লরোই হায়না খন্দুনা
করম্বা ময়াগী শক্তিনা
মঙাগী সেবা তৌগে খল্লক্লিবা,
চৎনবী ৱাংমা লানবগী
ইকায় ইকি করিসু লৈতবী
নঙবু হিংচাবী নত্তে হায়সিরা !

অমুক্কসু, নুপা লৈরবী নঙনা
অতোপ্পা নুপাদা ঙাওবদি
করি ধর্ম্ম কৌবগে,
অহিং নুংথিল নাইদনা
ইজৎ খোঙগাওনদুনা
নশাগী ইন্দ্রি পেন্নবা হোৎনবনা

করি তোংজবা লৈবগে,
খঙদবনা খঙদরে
অখঙবা কনানা নহাকপু
করিনি হায়না লৌগদগে !

নঙগী থমোয়দুবু কয়াম চাউবগে
মঙ্গল মরুদি লায়রদনা
হঙ্গাম মরু ফাওবা চাউরমগদবা মান্দে,
লৈনাদগী হেন্না থোৎলি হায়নবা
নঙগী থমোয়না নুঙগুম কনখিদুনা
নপুরোইবা অমসুং নচাবু
মৈথক্তা ঙৌদুনা চাবা ঙম্বীনি,
মৈহৌরোলদগী অকন অথৌ পুন্নমক
খুদোম্বীদা উঙদুনা পুনবা হোৎনবনা
চাউথোকপা ঙমদরে পৃথিবী অসে ।

০৭-০৫-২০০৭

# নুঙাইবা

মিকুপ অমা লাকই
মিকুপ অমা চৎখি
মথং মথং খঙহৌদে
শেন্নহৌরবসু শেন্নহৌদ্রবসু
খাম্বা ঙমহৌদে ;
খোয়রাংনা ঙাইজবা তাঞ্জা
লাক্লবদা নুংনাংহল্লি
হৌখি তপ্না উনা উনা ।

করিগুম্বা খঙলম্বা থোক্লবা
ঙাইজরিবা মিকুপতুদা
করি থোক্লগবা
কয়াদা নুঙাইজগদবা;
খুদোংথিবদগী নাম্থোকপা ঙম্লমগনি
মসিদগী হেন্না নুঙাইবা
লৈরমগনি থাজদে অতৈ অমা ।

২৬-০৭-১৯৯৩

# পকখ্রে ঈদা

তরু তরুবা ঈচেল
কয়াগী মতিক লায়খ্রে মোংহনবা
পুংনৈ নৈখাইবীরে মথক মখা ওৎনা
চাওখৎতবা ফুরুপকী
চাওখৎতবা লমদম য়ৌরকপদা ।

কল কারখানদগী থোরকপা
কান্নদ্রবা অমোৎ অকায় ফত্ত-হাওদি
তরু তনানবা মানবা
য়ুমলৈ কৈরৈদগী হৈথরকপা
অমাং অশোয়গী চবুন চবুন্না তিল্লরে ।

ঈচাও অমুক অমুক লাকপদা
শেংদোক্লবা লাক্লে অঙম্বা পুথৈ
ইরোন্নুংদা লুপহনখিনবা হোৎনৈ
অদুবু য়াদে অমোৎপা ফুরুপ
ঈচাও কয়া লাকখ্রবসু অদুম চমোৎনহৌই ।

২৮-০৮-১৯৯৩

# পাউখুম

নোংমগী অচিকপা অহিংনি
ফমখি লৈকোল অমদা ইথন্নতা
কনা উদে হন্না য়েংবদা,
অচিকপগী অচিকপা ঙাক্তনি
উরুবা থেংনরুবা খুদিংমক
অদুনা কিরুবা লৈতে কনাগী ৱাখলদা;
মতমসিদা তাঞ্জাসিদা মুর্তি অমখক্তি লাকখি
ইখঙ খঙহৌদনা ইথা থাজদনা
ফল্লখি 'নাক্ত তুমিন্না ৱা মচেৎ অমতা ঙাঙদনা,
অমুক্কসু হেন্না কিরুদ্রে অচিকপা অহিংদো
মহাক অমা 'মুক য়াওরবদুদদি
ঐখোয় অনি শুরবা মতমদুদদি ।

হরাও মথোয় কারবা পুক্লিংনা
অনৌবা অশাগী ৱাখলগা লোয়ননা
য়েংখৎলুই ৱাংলবা নোংদোনদা লৈনা অমুক্তং
উখি তাম্না শন্দোকখিবা থৱানমিচাক লৈকোল
মপান নাইদনা ফজে হায়নিংই
অদুবু, শিংথানিঙাই ওইবা ঐবু শুমহৎখিবদি
তোমথিন থোকখিবা থাজ মহাক্লি,
কনাগা করিগা করম্নবু চাংদম্নসিগে
লৈচিন্না ফনা থত্তুনসু লম্বী
নাচুংবীদে মহাক্কী থমোয়না
চেনখি চোংখি শান্নখি
মনিং থুংনা মনিং তম্না লৈকোলদুদা ।

ঐবু কাউথোকহল্লি থাজ মাগী মতৌদুদা
ইনাক্ত কনাগুম্বা অমা ফল্লী হায়বদো,

ঐগী ইতৌদুদা মুর্তিদুনা তপ্লপনা হংলকখি
"করিনো অদুক থৱায় তানা য়েংলিদুবু"
ঐনা খুমখি খনথরুবা তৌদনা
"ফজবা পুন্নমক পুথোক্তুনা
অউবা খুদিংমক শুমহৎলিবা থাজ অসিনি"
নোকমী নোকমীবা মায়থোঙদু উত্তুনা
হায়রকই মহাক্না অমুক ঐঙোন্দ
"ফজবতা নত্তে অচুম্বসু য়াওরিবনি
নঙদি করি খল্লি
মহাক্কী মতৌ তম্বা ঙল্লোইদ্রা" ।

ঙাইহাক খঞ্জানৈ খুমগদবা পাউখুমদো
ঙমখিদে খুদক্ত পিজবা
শিন্থখি পিরাং মিৎলু অনিদা;
অদুবু, কনাগী ৱাহং তোন্নিংদ্রবা থমোয়নি
ঙাইহাক্কী মতুংদা শোন্দোকলুই শোনথাংননা
"ঙসিগী তাইবংপাল অসিনা ঐবু করি ঙাংনখিনি
শোঞ্জবা নত্তনা উপাই লৈজদে
ফমলিবা অসিনি ঙসিসু
উপাই লৈতনা তুমিন্না ইথন্নতা লৈকোলসিদা"
ঐগী পাউখুমসিবু লানখ্রবরা
লৈথোকলুবদা লৈরমদরে কনাসু
অচিকপা অহিংগী লৈকোন্দুদা ইথন্তমক মঙায়রম্লে ।

২৪-১১-১৯৮২

# পুন্সি উপাল

হে উপাল নঙদি তুরগে খল্লবোই
অরোইবা মতম লাক্কুনা
চাউরবা না-উ ফুক্কুনা,
ঐবু করম হিংখোগে
চংজফম লৈত্রবা হকচাংনা
তাইবং লৈকংলা অসিদা ।

নঙগী লেংবান্দা তোংদুনা
ঐনা শকচখিবা ইশৈশিং
হরাউ নুঙাই শুরদনি,
অশংবা নঙগী ননালক্ত
মিকুপ অমতং ফমবদা
লৈখিদে অৱাবা থৱায়না ।

বসন্তগী য়েন্নিং লাকপদা
নঙগী লৈনম তাবদা
পুক্লিং লৈকোলদি মালহৌনখি,
থৌজালগী মশক্তি নঙগী হৈয়াংদি
ফংগনি খনজবা মিকুপ্ত
অরাম খৌরাংবা কোক্লখি ।

মতম অমদা লৈরম্বা
থৌনা ফরবা নঙগী নাপল
ঙসিদি কদোমদা চৎখ্রবা,
ককখ্রবসু নশা অমা
হেক্ত চোংবদাই নোংঙানবদা
অনৌবা নয়োল না-উদা ।

পাঙ্গল কল্লি খঙনবা
খৌজ্রাল হৈ ঙাংনবা
অচান মীরায় নাইদবা,
অথৌবা মকাদা চঙলুরে
ইকোক অসে নোল্লুরে
নঙবুদি কনবা ঙমহৌরোইদৌরে ।

নুঙাই য়াইফনা পানজবা
লৌশিং লৈবা মীওইবগুম
লৈরমখিগদরা জিব অমা,
কোয়না চৎলুই মালেমদা
থাজবা ঙমদে থমোয়না
অদুবু, অঙম অঙমদি চানৈদো ।

শান্তিগী লমদম থিরুবা
অপঙবা মরা লিংউরে
অরেম্বদা মতম মাঙহৌরে,
অচুম্বনা ফিদম পামলুবা
মীনোক মৈশা লাংহৌরে
কল্লক য়েংথি নংহৌরে ।

ঐগী পুন্সি উপাল
নঙ অমুক্তদি তুখিনু
অরোইবা খোঞ্জেলদা লাউরমখিগে,
শুম চারবা পৃথিসে য়েংউ
অমুক্তদি পোখায়হনগে মচেৎ তানা
অনৌবা জগৎ অমা শেম্নবা ।

১২-০৫-১৯৮৮

# পৃথিবীসু উঙলি
# ঐগী কোকসু উঙলি

পৃথিবীনা উঙলিবরা
ঐগী কোক্না উঙলিবরা
পৃথিবীনা কন্না উঙলিবরা
ঐগী কোক্না মনুঙদা উঙলিবরা
অনিসিগী মনুংদা
অমদি কন্না উঙলিমাল্লে
নত্তে, অনিমক উঙলিমাল্লে !

পৃথিবীনা উঙবদি
নাকল অমা মল্লবসু
অঙানবা অমুক থোরকই
ঐগী কোক্না উঙবদি
অমম্বগী অমম্বা ঙাক্তনি
তন্তন ফাওবা পাইরক্তে
অনিসিবু করম্বনা চুল্লিবনো !

০২-০৫-২০০৭

# ফাগী তাহনবীরে

নশক ফাওবা উবা ফংদবা
পিকখ্রবা জিব অমনি হায়রিবা
নঙবু করিনি হায়না খল্লি
মীওইবগী ব্রাখলনা খঙবরা,
মিশাইল কাপশিন্দুনা থুগায়নিংবনি
নঙগী নথবাক মচেৎ মচেৎ তানা,
নৎত্রগা, অথৌবা থাঙ অমনা
য়ারম্লবদি ককপা নকোক অদু
তাহন্নিংবনি নশাগা তোঙান তোঙান ।

শোনবা হৌনবা মখৈ শোনবা
অহাঙবা মালংদা নদোমমতা
সেকেন্ড অমা ফাওবা হিংবা ঙমদবা নঙনি,
অদুগসু, মীগী ঈতবু থিদুনা চারি
নঙগী নচিঞ্জাক্লি খন্দুনা,
অনিরক শুনা লাক্লরোইদবা
নুংশিবা খুদিংদগী খ্বাইদগী নুংশিবা
ফংঙমদনা ফংলবা মপোকসে
করিগীনো ফাগী তাহনদৌরিবা নঙনা ।

লৌশিং লৈবা মীওইবনা
মশা কনজনবনি হায়দুনা
নঙবু ঙাকথোক্লবা হোৎনরি
লৈজবা উপাই কয়া থিবদা
ঐদি ইকাইবনা লৈক্রক্ত চংনিংলে,
রিডিও, টি ভি, তাবা য়েংবা ঙমদরে
অকামপেৎকী অকামপেৎ
লৈরক খুল্লক ইমুং মনুং
অকামপেৎনা ব্রাই চাইরে ।

অদুবু, লাল্লমদ্রবদি নঙনা ঙসি
করি খেৎনরমখিগদগে লমচৎতা
উমংদা লৈবা শাশিংগা মীওইবা,
নঙবু কনানো অমুক্তদি হায়য়ু
ঈশ্বরগী অচানবা মনাইরা,
চাওখৎপগী মাইয়োক্তা লৈবা
লমচৎ নাইদবা কনাবু
চৈরাক পিরুচো হায়না ইশ্বর মানা
নঙবু থারক্লিবরা মালেমসিদা ।

২৪-০৫-২০০৫

# মঙাল

লেংলি পাল্লিবা জিব পুন্নমকপু
থব্রায় হাপলিবা মঙাল নঙবুদি উরে
মঙাল নঙনা লৈরমদ্রবা
উরমখিগদ্রা ঙসিগী তাইবং ;
অমস্ববু মাঙহনবা ঙমলে হায়নরসু
অশাওবা য়েংথিনববু মাঙহনবা ঙস্বা
থমোয়গা থমোয়গা ফাওনবা
চৎনা চৎনা শিরবশিংদা
পুন্সি লম্বী উহনবা ঙস্বা
হে মঙাল নঙবু কৈদনো ।

ধর্ম্ম অমনা অমবু উদরে
নেৎতুনা চৎনবা হোৎনরে
জাতি অমনা অমবু উদরে
তিংখং তুম্বৌ ওইনা উনারে ;
বিজ্ঞান্না পুথোকপা মঙালনা
হকচাংদা য়াওবা অমোৎপা
মাঙহনবা ঙমলে হায়রসু
ব্রাখলদা য়াওবা অনাবা মাঙহন্দুনা
অমতা ওইবা পৃথিবী পুরকপা ঙস্বা
হে মঙাল, নঙবু কৈদনো ।

১৪-০৮-২০০৭

# মমি

ইচম চম্লা হায়বা য়াবা ৱাফম
ইরায় লায়না খঙগদবা লৈরবঁদা
করিগী ওইদবা ঙাংলিবনো ।

নদোমতা মীনমজরিবদু খঙবা ঙমদে
অতোপ্পবু অপঙবনি খল্লক্লিবা থমোয়
নঙগুম্বা অপিকপা পুকচেল লৈরিবরা ।

নঙনা অশিংবা শানবা হোৎনবদা
উৎথোক্লিবা নতৌদো উৎলমগদরা
নঙনা অশেংবা অশিংবা ওইরম্লবদি ।

অমাঙ অতোংগী খন ওনবদা
চিনবানথোংগী ৱাহৈনা কুপ্পা ঙম্লোই
তৌথোরকপা থবক্লা পুক্লিংগী মমিনি ।

২৯-০৪-২০০৭

# মিং হোংলনি

ইলেক্ট্রিক ফজনা লাক্লবা
কল কারখানা চাওখৎলবা
শেম্ভোক লম্বী ফজনা লৈরবা
শুফম নোমফম মরাং কায়রবা
মনিপুর কৌদ্রেদনা লৈবাকসে ।

থক্লবা অফবা ঈশিং ফংলবা
শুপ্লগী মথৌ তাবদুমখক্তং
অফবা তিনজং কায়জংদবা
লায়না চেনদবা মী ঙাক্ত লৈরদি
কদায়দগী মনিপুর কৌরনি ।

অচুম অরান খঙবা ঙম্বা
ব্রায়েল পথাপ চৎনরবা
মীনা মীবু ইকাইখুম্নরবা
থব্রায়বু মশক খঙলবা
পৃথিনা ঙক্লখিগদ্রনে মনিপুর ।

অচান মীরায় নাইদবা
লৈঙাক শাশন লৈরবা
ঐগী মীগী খায়দবা
মান্নবা খুন্নাই লৈরবদি
ঙসিগী প্রজা লৈখিদ্রা মনিপুরদা ।

করিনোনে হায়নরিসিবো
খল্লুবদা কোকপু ঙাওদ্রবা
অদু ওইরদি মনিপুর
মনিপুর কৌররোই নহাললনা
মমিং অমা হোংলনি ।

১০-০৪-২০০৭

# মী

মীনা নুঙাই য়াইফনবগীদমক
মীনা চৎনা পথাপ শেন্মী
মীনা চৎনা পথাপ থুগাই,
মীদংনা নুংশিবা হৈরসু
মীনা য়েংথিনবা তম্মী ।

মীদা খনথনবা পাঙ্গল পিরকই
মীনতা অচুম্বা খঙই
মীনা অরানবা খুদিং তৌই,
মীনা হেক ঙমলিমখে
মীনা তৌনিংবতা তৌই ।

২৩-০৬-২০০৬

# মী থিজরি

ঐ মী অমখক্তং থিজরি
থরায় পানবা জিবশিংগী মরক্ত,
পাক চাউরবা পৃথিবী অসিদা
লৈগনি খল্লি শোয়দনা,
লৈরবদি মহাক কৈদনো
উনিংবনা ইখৌ লাংলে থমোয়সে ।

নোক্লিংবা ফাওরকপা মতমদা
থরায় তানা নোকথোকপা ঙম্বা,
পুক্লিংদনা অমা খন
চিনবানদনা অমা ঙাং তৌদবা,
চিনগা খুৎকা মান্নবা মহাক্তো
মদোম মীনমজদ্রবা মহাক্কি ।

ফজবা নুংশিবা মাইথোঙগা
থমোয়গী ফজবগা মান্নবা,
ঐনা মহেক্লে খন্দুনা
ঐ মঙায়রে চাউথোক্তবা,
নাপল হাক্লা তৌদবা মহাক্তো
মমল নাইদা ইকাইখুম্নজবনি ।

মীনম্বা চাম চামনা
কুপখ্রে মঙাল উদনবা,
মীহাৎপা লিশিং লিশিংনা
মোংফম তৌখ্রে পৃথিবীদা,
খোঙফম অমতংদি কল্লমখিনি
ইনিং-তম্না লেপচবা ফংনবা ।

ঙসি থিবা ফংদ্রবসু মী
নোংমা হৌগৎলকউ মোংফমদগী ওইরসু,
ঐনা কল্লম্বা খোঙফম 'থক
ননিং-তম্না লেপতুনা লাউরকউ,
মী কৌবা জিব অমা
পৃথিবী অসিদা হিংনবা ঙাইরি ।

১০-০৪-২০০৭

# মীকপ থোক্লো

অসুম্না হায়বসিবু হৌনব্রানে
হে মী, নঙবু তুম্লিব্রা
মিৎ অনি লাওনা পাঙলিব্রা
মিৎ পাঙনা পাঙনা তুমলিব্রা
তুম্না তুম্না মিৎ পাঙলিব্রা !

নঙগী ইংখোলদা হুরানবনি চঙলিবদো
হৌদোংগী মাইখুম উপলিদো
উনা উনা য়েংলিব্রা
নৎত্রগা, হুরানবা উবদা কিরব্রা
করিগী তুমিন্না লৈরিবা !

নঙগী হকপু য়োম্থোক্কে খনগনু
নঙগী হক কনবদি
নঙগী হক্কি কাউগনু,
নঙগী হকপু হঙ্গামগুম লৈগে হায়রগা
নঙগী করম্বা ৱাখলনা হরাওনা নোক্লিবা !

নঙগী হক য়োনখ্রবা তুং
করি হায়রুবা ঙমনি
নঙগী হক লৈখিবা মঙোন্দ,
করম্বা মওংদা মানা শিজিন্নরক্কনি
নঙগী হক্লা খুৎলাই ওইনা !

নিংথৌ ওইখ্রবদি হুরানবদো
নঙবুসু হাৎকে মনিং তম
মীনায় ওইহনগে মখা তম
কাউখ্রদবানি শক্লম্বা ৱাশক
মসিবু অমুক হায়নিঙাই ওইরিবরা !

চৎনা চৎনা শিরবা
থব্রায় কয়াগী মীকপ মীরাওখোলনা
নিল খোংলিবসে মাইকৈ মরিদা
নঙগী অতৈ কনাগীসু নত্তেকো
শাগৈ নাতৈ মরুপ মপাংশিংগী নত্তরা !

মীনা সহর শেম্বনি
শানা উমং-ব্রামং শেম্বনি,
উপাল-ব্রাপল হৌদ্রবা সহরনা
তপ্না তপ্না নুঙগী উমং ওনখ্রদি
করি ওইরক্কনি মীওইবা !

ঐ মঙায়রে খন্দুনা সংসারসিদা
নঙনা তৌরিবা নাপলগা
নঙনা তৌথোরক্লিবা থবক্ক
নাপ ওন্দুনা অমুক্তং য়েংউ
করম্বা হৈ-শিংবনো নঙনা উৎনিংলিবা !

২৫-০৪-২০০৭

# মীগা শাগা

হৃংবীগনু ঐঙোন্দ
মীগা শাগা কনানা ফবগে
মরমদি ঐনা মীবু নুংশিজৈ ।

মী ওনগেরা শা ওনগেরা
হায়বা ৱাহৌংসিমদি অরানবনি
মরমদি শানা মী ওনবা ঙমদে ।

মীগা শাগা ফত্তবা কনানা হেল্লি
ৱাহৌং অসিমসু চমন্নে
মরমদি ঐনা কিদবা মী লৈতে ।

মীগা শাগা চাংদম্নবা য়াবরা
ৱাহৌংসিমদি য়াম্না ইকায়নিঙাইনি
হোয়, পৃথিবীসিদবুদি লৈমিন্নবনি ।

২৩-০৭-২০০৫

# মীচেন

মীচেননি ঐদি পাংদ্রবা
ইরানদি করি লৈবনো
কনানা ঐবু য়েংথিবনো
করিগীদমক মীচেন ওইরিবা
মদুদি খঙদে হায়বা ঙমলোই
অদুবু, মীচেননি ঐদি পাঙদ্রবা ।

উনজবা ঙমজদে কনাবু
হরাও মোমোন নোক্তুনা
ফোঙদোকচবা ঙমজদে
পুক্লিংগী নীংথিজবা ৱাফম
ওন্থোক্লা তোল্লি ঐগী মপোক
মীচেননি ঐদি পাঙদ্রবা ।

কনানা করি ঙাঙনবা
কনাগী নুঙাই য়াইফবা
নিংবা থুংবগী পেঞ্জবা
কয়াদা মহে য়ানখ্রবা
অদুবু, ঐগীদি লৈতে মপোকসিদা
মীচেননি ঐদি পাঙদ্রবা ।

করি নিংবা থুংদবা লৈদুনা
কনাগী মিৎলুদা অরোনবা পিরাং
মচেৎ তাখ্রসনু মতাগুম
করিগী থমোয়বু কনথৎপিবা
ঐদি উরুদ্রে খঙলুদ্রে
মীচেননি ঐদি পাঙদ্রবা ।

চিংনবা লৈতে ঐঙোন্দ
কনানা নোক্লরমগনি হায়বগী
কল্লকলুবা লৈতে নোংমতসু
কনাগী শক্তি অকনবা
লেঞ্জরিবা অসিনা পেঞ্জরগে
মীচেননি ঐদি পাঙদ্রবা ।

মাঙখ্রে হায়নসু থিবীরক্কনু
নুংশি হায়নসু শোনবীরক্কনু
হিংনা হিংনবা হোৎনবীয়ু
মমল য়াম্লবা পুন্সিনি
ঐতবু কল্লকউদ্রবগী ব্রানি
মীচেননি ঐদি পাঙদ্রবা ।

লোইখিসনু খমখিসনু
কনানসু খঙদ উদনা
করিবু কান্নগনি ঐগী পুন্সিনা
ঙসিগী তাইবংপাল অসিদা
করিসু কনাদসু ব্রাকৎলক্লোই
মীচেননি ঐদি পাঙদ্রবা ।

মাঙলমচৎকী পুরোললনা লাল্লম্বা কয়া
কুপশিন্দুনা ঐখোয়না চুম্মী হায়ঙমদে
লৈকোয় ময়াম হৌরক্লবদি
থাংজৌ পায়দুনা ইল্লু হায়দুনা
ঐবু অমুক নিংশিংবীরক্কনু
মীচেননি ঐদি পাঙদ্রবা ।

২০-১১-১৯৮২

# ম্যুর্তি

নোংমা ইখঙ খঙহৌদনা
থেংনখি লম্বী অমখক
চৎলম্মী মীয়াম নোক-খেদুনা
পুন্সিগী অৱা নুঙাই ৱারীদা ।

খোঙ হেক থাংজিল্লুবদা লম্বীদুদা
উখি মুর্তি অমখক
তুমিন্না লেপতুনা লৈরম্বদো
লম্বী অদুগী ময়ায়-চবুকমক্তদা ।

কনাগুম্বা অমখক মাল্লি
কনাগুম্বা অমবু খৌরাংনা ঙাইরিবা
ৱা মচেৎ অমতা ঙাঙদে
পাঙলিবা মিৎ পাঙলি হায়বতা মঙায় ।

খঙহৌদনা হংনিংলুই করিগুম্বা খরা
অদুবু, পাক হেক চংশিনবদি ঙমদে
নীংথিনা শকখং মায়খংনবা নত্তবনা
চৎপসু ঙমদে মিৎফম হোংদুনা ।

ঙাইহাক খঞ্জানরবা মতুংদা খল্লকই
অসুক য়াম্না পাংদবা হৌনদে
মহাকসু মীনি থমোয় পানবনি
ঐগী পাউখুম মহাকসু পিফম থোকই ।

চংশিল্লুই মনাক্ত হরাও হরাও
লেপলুই মাগী মমাঙমক্তদা
হংজরুই ইকাই ইকি থাদোক্তুনা
ৱাহৈ খরা থোইনা লানদবরা খন্দুনা ।

মহাক্কী থমোয় ঙক্তবা ঙমদে
খুম্বীরক্তে ৱাহে অমতসু
পীবীরক্তে পাউখুম অমতসু
তুমিন্না অদুম লেপতুনা লৈরম্মী ।

পাইখি নীংজরম্বা আশা লৈচিন ওইনা
পাঙলম্বা মিৎ খঙউই উইশিল্লি
তৌফম খঙদদুনা উরু উরু লৈ
উপাই লৈত্রবা ঐগী হকচাং ।

হন্দোকসি কদায় হনঙমদা
ঐ জ্ঞ্যান তাখিদে পুন্মম মমখি
ৱাখল চোইখি মিকুপ অদো
খাঙবা ঙমখিদে মাগী মতৌদো ।

থাংগৎলুই অমুকসু লুকথরুরবা কোক
অসুক য়াম্না চাউথোক্লোই খন্দুনা
হান্নগী হান্না মিৎচিনা ফাওবা য়েংলক্তে
মাগী শকফম হোংবা লৈখিদে ।

ইকায়রম্বদগী শাউনিংবা পোক্লকই
করি করম্বা ৱাখল খল্লিবনো
করি করম্বা থবক পাল্লিবনো
খঙবা ঙমখিদে ঐগী থেল্লবা ৱাখলনা ।

তুমিন্না খাঙলম্বা চিনবান
কাথোকখি পেন্নবা চৈরমগে খন্দুনা
পাঙথোকখি ঈ কারবা মিৎ অনি
য়েংলুই কয়াদা নাপল তৌরিবনো খন্দুনা ।

উরে হন্দক্তি অশেংবা শক্তম মহাক্কী
লৈরিবা ফিভমদুদগী লেঙবা ঙমজদবা
করিগুম্বা ৱাখল অমতসু খনবা ঙমজদবা
ওইরম্লে অশাবা নুঙগী মুর্তি ।

খন্থরুরগা ইকায়বা পোকই ইথন্নতা
কয়াদি ফজখরে মীদা মী মাল্লি
পৃথিবী অসিদা লৈরম্লি থাজদে
মহাকমুক ফজবা অশাবা মুর্তি ।

২৪-০২-১৯৮৩

## য়াথং

যমরাজনা থারকই
মাগী শঙলিংবা ময়াম অমা
শান্তি ঙাক্নবা লৈকোল অমদা ।

শঙলিংবশিং লাক্লে
মখুৎতা খুৎলায় পায়দুনা
শান্তি ঙাক্কনি হায়দুনা ।

লাউররে খোংলরে
শান্তি পিয়ু হায়দুনা
শান্তিগী থোঙজিনদা লেপতুনা ।

কিব়না থক থক নিকখরে
মমাঙথোঙদা থোকপা ঙমদরে
মনিংথোঙ ফাওদুনা চেনখরে শান্তি ।

ফাও ফাও হায়না তান্নে
কোয়না থৎলি শঙলিংবা
নাম্ভোক্তুনা চেনখরে শান্তি ।

চীংনুং মাননুং চৎতুনা থিরে
পাৎ তুরেল খাক্তরে
ফারগা লোকঅপতা থমজিল্লে শান্তি ।

মখুৎ চল্লবা তুংদা
নেৎপগা কাওবগা য়ৈবগদা
ব্রাস্থোকখরে শান্তি ।

য়াথং লাকপা ঙাইঙমদে
পুথোকখরে শান্তি চীংয়াদা
মথৌ মঙম পাঙথোক্লবা ।

মীয়াম্না থিরি শান্তি
শঙলিংবনা শান্তি ঙাকলি
চীংয়াগী মোংফম মথক্ত ।

০৫-০৫-২০০৭

# য়েক্লবা

নঙোন্দদি অচান মীরায় নাইদে
কনানো লায়রবা অতোনবা অকনবা অথৌবা
থেংনবা খুদিংমক নপশিন্নবা হোৎনৈ
খেন্নবা থমদবগুম উই নফমদা,
নতাৎ হৈবা নঙগী নতৌসে
তমথিবা ৱাখল্লোন পুরদুনা
অকিবা নঙগী শক্তমগা লোয়ননা
উনিংদ্রবা ঐগী ইমাঙদা
মিকুপ কাংদে নঙনা উৎলিবা ।

চাক্লি ফিনি চৎলবা
তাইবংগী চৎনবী ৱাংমা লাল্লবা
উখোং-ৱাখোং চংজফম ওইরবা
শরুদা উনতনা কুপলবা
ফজবা ৱাখল চেনদ্রবা মহাক্লা
মমিৎ লাওথোক্লুনা শিংনদুনা লাউরিবা,
ঐগী থমোয়না শুকয়া য়ানিংদে
নঙনা থোকহনবা ঙাক্তনি
হায়যু করিনো নঙগী অপাম্বা ।

মায়থিরবা লানফম ময়ায়দা
য়েক্লবগী খুৎলায় চৈথেংনা
অয়ো নাহে ফংলবা
অরোইবা পুংজা লাক্লবা মহাক্লা,
শ্বর ফুয়না হোন্দুনা
খেক্লা খেক্লা নোক্লিবা
পৃথিবী অপুনবা লম্বা তৌগে খলহল্লিবা
ইকায়দবা নঙগী থৌইনশিন্না নত্তরা
করি অমুক হায়নিংঙাই লৈরি ।

অমৃতগী মশক ওইরবা থৌজাল পুবী
অশেংবা থমোয়না তাইবংবু নাউকোনবী
তনৌ তনৌবী লৈরাংগী মপোক্ত পোক্লবী
মীওইবা মরক্ত নুপীজা ওইবীনি,
অঙকপনি নঙনা থেংনখিবা মিকুপতা
হিংচাবীগী মায়খুম উপশিনবী
লেমজনিঙাই ওইদ্রবা ব্লাখল পুদুনা
শংসার অমগী ঈচেল অমদা তাউহল্লি
করিগুম্বদা পাপকী শাদোংনা য়োমশিনবী ।

অনি তিনবা মফম অদুদা
অহুমশুবা অদু নহাক অদুম মওইরে
অহুম তিনবা মথেংনরুরে
মরিশুবা ওইনা নহাক হেক্ত ময়াওরম্মী
ওইদবা ব্লাগী হৌরকফম
কল্লক য়েংথি মরু হুল্লকফম
পুন্সিবু ঈয়ায়থক্কী কোঙ্গোলগা চাংদম্নরিবা
নঙতনা থোকহনবা ময়া ঙাক্তনি
পৃথিবী অসে কায়নবা শিনবনি ।

শা মরক্ত অথোইবা কাংলুপ্নি মুকচরবসু
নঙবু নুংশিরবা মরুপ অমগুম
মতম পুম্বদা নঙগা লোয়নদুনা চৎলিবা
অপংবনি খন্দুনা মীওইবগী খোঙ্গুলসে
পৃথিদা শাংনা তাহন্নিংদ্রে নঙনা,
ঐ নঙবুদি তশেংনা ব্লারৌদবা ঙমদে
মীওইবা অমা ওইনা মীওইববু কন্নিংই
নঙ চৎখ্রো নাপল ঐখোয়বু থাদোক্কুনা
নহাক মীওইবগী চাউরবা য়েক্লবনি ।

২৪-০৫-১৯৮৮

# য়ুখল

হায়নৈ কনানা পুন্সিবু
ঈচেলদা তাউবা কাউশিংগুম
পন্থুংফম খঙদবা লৈচিনগুম
পল্লেপফমগী আশা লৈতবা
হায়ফম খঙদবা খোংচৎনি,
ঐদি য়াবা ঙল্লোই
ফংঙমদনা ফংবা মনিনি
থিফম থোকই মতম্না লৈরিঙে
থৰায়গী হিংনবা লন্বী কৈদনো,
তাইওন্নবা মীওইবগী ৱাখল
খল্লিমখৈ থোকই লেপ্পা লৈতে
অচুম অরানগী বিচারদি
থোক্লবা থৌদোক্লা লেপ্লবা নত্তরা ।

করিগুম্বা নিংশিংবা থোক্লবা
মিকুপ অমতং মানা ঐবু
খনফম থোকই ৱাখল অমতং
চিক্লা ফমদুনা মিকুপ অমতং,
কপখিবনি ঐদি কয়ারক হন্না
থমোয় পেন্না অহিং চুপ্পা চুপ্পা,
খল্লকই মীঙমদ্রবা থমোয়সিনা
করিগুম্বা মানা ঐ ওইরম্লবদি
খঙলমগনি ঐগী অৱাবা,
খল্লুবা ৱাখল লানখি
থল্লোই য়াখিদে অ্রোনবা ৱাফম
থমোয়দা মখাক ওইনা
পুন্সিগী লাইমন ওইনবা ।

করি খনখিবনো খঙদে
ঈশিংদা তাখ্রবা নুংদুমগুম
চেক-মোক লাউখিদরে
মাঙখ্রমাল্লে মাগী ৱাখলগী ঈথক ঈপোম
নুমিৎতুনা মাগী অরোইবা ওইখ্রমাল্লে;
হায়রম্বা ৱাহৈগী অর্থ খঙদনা
চহোক্তনা চল্লম্বা পাউখোংদো
অমুক্তদি ফোঙলমখো হায়নিংই
কায়রবা থমোয় মচেৎ তানা কায়জখিসনু,
হায়ফম তমফম খঙদবা
য়ুখল অমগী মরুমদা
মীবু অসুম য়েংদুনা লৈহনবসিবু
মীওইবা অমগী ধর্ম্মনি হায়সিরা।

০৬-০৪-১৯৮৬

# য়োংগী দশা

## মীগী ব্রায়েল

নোংমা য়োংজাউ অমা
মা মী ওল্লে হায়
লাউথোকই মাগী য়োংয়াম মরক্ত,
মাগী ব্রা তাবদা
ব্রা লাউনা নোকই চপ মান্নবা
নোক্লিংলবা য়োংয়ামশিং,
য়োংজাউ অদু শাউরমাল্লে
ফাগী ফাগীদগী য়োংয়ামগা খৎনরে
লৈবা য়াদ্রে মখা তানা য়োংলক্ত,
মখোয় ময়ামগী মরক্তগী
মী মরক্ত লৈরুরো হায়না
থিন্দনা তানথোরক্লে ।

মী মরক্ত চংলকই য়োংজাউ
মরুপ ওইবা য়াবরা য়েংগে খন,
অদুবু, লাইবক্ত তম্লম্বনা অমা
মীয়াম হুপতুনা তান্নরে,
থংলো হাংলো থংলো
মায়কৈ খুদিং পুমনিন নিল্লি,
চেনফম লৈতে য়োং
মায়কৈ খুদিং থংখরে,
ঙাকথোকপা হোংনৈ মখুৎ মচাদুনা
থাজিল্লক্লিবা নুংদুম চৈথোক,
উপাই লৈতে ল[illegible]দা থাখি
তাখ্রেদো য়েং চাকখাউদা মীওইবগী ।

অফংবা উহৈদং চাদুনা
উমং ৱামাংদা লৈগদবা য়োং
শিজগে মমং থিবা তারেদো,
মীগী শওং শাদা লৌজরবসু
মীগী মমিত্তদি মহাক
মীগা করিসু থোক্লদে
সুপ্নগী অচাপোৎ নত্তনা
লাই ফাওবা মায়থিবা পি হায়রিবা মী
মাগী ৱায়েলনা অরোয়বনি খল্লি,
চীং ৱাংমগী মীশিংনদি
তুম্বা চাবা কাউনরি
মরোন অহুম খুদুম চনগে খল্লক্লি ।

২৩-০৭-২০০৫

# লম্বী চৎপা

মৈরা পুদুনা চৎলু
অমম্বা লম্বী চৎপদা
মৈরা য়াওদনা চৎকনু
হৈনা শিংনা চৎলু
তরাই তরাই লৌগনু,
থৌশাদনা চৎখিবা কনানা
মায় পাক্লা পম্তুং য়ৌখিবা
মশিং য়ামখিদে কাউগনু ।

লম্বীনি খন্না চৎলিবা
মল্লবদি লম্বীদো উবা ঙমদবা
করি লৈরমগনি খঙলবরা,
লৈরমদবসু য়াই লম্বী ওইনা
ওইরল্লোই হায়নিঙাই লৈতে
শা কৈনা থল্লবা উমং
নৎত্রগা, নমথিরবা পাৎথি-কোমথি
পুখ্খিবদা লেং-ওৎপা ঙল্লরোইদবা ।

চত্তবদি য়ারোই চৎলু
হেক চৎপা তোকপা মতমদা
উনিং য়েংনিংবা কয়া ফংলরোই
পুন্সিগী মহাও চমখ্রনি
লম্বী খুদিং মাঙখ্রনি,
য়েংখি য়েংখিবা মায়কৈদা
কোম অমানা ময়া তৌদুনা
ইকোর কোয়না থৎখ্রনি ।

ঈশ্বরদা নিবনা পিরক্লোই
লাইবক্ত তাইনবনা কান্নরোই
চৎমিন্নসি হৌবদা য়ারক্লবা
অতোপ্পা অমা হৌগে খল্লুনু
নদোম চৎলু য়ৌনবা,
মিকুপ অমা পন্থফদে
চৎকদবা পুন্সি লম্বী ৱাংলিঙৈ
মতম লোইবনা হানখিনি ।

০৩-০৫-২০০৭

# ললোনবা

ঙাঙবা কল্লগা তানিংলক্তবা পোক্লকই
ফম্বা হৈনরগা থবক শুনিংলক্তে
চৎপা কল্লগা লায়রা তাল্লি
মরাল লৈবনা মীগী অশোয়বা য়েংগল্লি
ফত্তবা মীনা লমন খুমনিংই ।

শুবা কল্লগা হকচাং তেকই
মহৈ য়ানবা হৈপাল মশা তেকই
কোর্ফু কায়রগা মপুদা মাঙজৈ
অচুম্বা খোয়হনবা লায়
লায়রা মচা লেম্না লেম্না মাঙই ।

তাখৎলা·তাখৎলগা কিরক্তে
হায়জরা হায়জরগা থৌশাবীরক্তে
থাগৎলা থাগৎলগা তাইওন্নরকই
ব্রাশকপা কল্লগা মতাৎ তৌই
অফবা শারগা নমথাক তৌই ।

কৈ লৈবা মফমদা চংনদে
থন্দবা চফুনা য়াংবা হেল্লি
শায়বা কল্লগা খদাং চোকই
নৈরা নৈরগা লৈনাং থোকই
হূইনাও য়োক্লগা য়ুম শংহল্লি ।

লেমনা চাবদা খোনথিদি চাবীরুনু
হুদা হুরবদি অতোপ্পনা খঙদনবা হুবীয়ু
চাদা চারবদি পুক থন্নবা চাবীয়ু
নুংশিবা শেংলবা হুনি খনবীগনু
অমাঙ অতোং য়েংলদি ললোনবনি ললোনবা ।

১১-০৭-১৯৯৩

# লানফমদা

লৈখোম লৈনাং তৈরবা
তৎলি তৎলি তৌরবা বোরা মচেৎ
মচু থোক্কুবা লংবার মচেৎ অমা থাই,
কোলি হব্রায় মথা অমা অনি
পেরুক খুবাম অমা অনি
লফু পান মাইরেন মচি মচিদা থমই ।

য়াক্লবা কালেনগী নুংশা খন্নবা
খঙহৌদনা তাবা নোংগী ঈরিক ঙাক্লবা
খল্লি মসাতমক ঙায়রবা শাতিন,
কৈথেলগী মচি অমদা
লম্বীগী চিদায় অমদা
উফুল ব্রাইফুল মরক্ত অহল ওইরবীদু ।

খুইরবা উনশালক্ত হুমাং মরিক
মল্লবা ফিজিনা তৈথোক্লা
অচৎ অওক কনাবু কৌশিল্লি,
করিগুম্বা অমতং লৈবিনবা
শুপ্লতংগী চরা অমগীদমক
য়োন্নবা হোৎনরি নুংশা শ্বর মরক্ত ।

ফুরিৎ খাউদা পৈশা মপুন মপুন য়াওবা
অচৌ অশাং মানবা চংলকই
তারফাওবা তাঙই হায়দুনা লৌবীদে,
মখোয়না লেপ্লা মমলগা
ইমা অদুনা লেপ্লগা
কয়া য়াম্না খেৎনরবগে খঙদে ।

অপুম্বা শরেং অমা য়ান মখুৎতা
লৈবাক্ত তারনি খন
ৱাংলপ থাঙ্গৎতুনা থোরকই পৈশা পায়বা,
নোকফেৎ তৌনা নোংমৈ মরু
গারি মথক্ত হাপচিল্লি মাগী লানফমগীদমক
মৈখু চবুন অমা কামথোক্লল্লগা চৎখি ।

খুইরবা খুৎশা মঙা অদুনা
নাতোন মেনশিন্দুনা খাঙই ইমা অদু
তিঙক তিঙক য়েংদুনা লৈহৌই,
মাগীনা মিৎমাংমক্তদা লৈরিবা লানফমদুদা
হৌজিক্ত তগৎ তগৎ তেক্লম্বা লানমী
খুইরি খুইরি ৱাম্বদুনা লৈহৌরে ।

২০-০৭-১৯৯৩

# লানমী

কারি মবম লৈবগীনো লানমী
লান হৌরমদ্রাইদা ছুটি নিরক্লিবদি ।

কুরুক্ষেত্রগী লালনি কাউরবরা
শমায় লৈদুনা চেনবা য়ারোই ।

মতম চান্নু হৌবা লাননি
য়েথোকপা য়ারোই নঙগীদমক

শ্রী কৃষ্ণগী মৈহিবুং খোঞ্জেলসে
তরাই তরাই লৌফদে ।

থাঙ্গৎলু নঙগী গান্ডিবা
তমশিল্লু তেন কনগী মথক্ত ।

নঙনা মায় পাক্তবা হায়বসে
নঙনা মায়থিবনি কাউগনু ।

করিগুম্বা মযাগী লাংদা থুখ্রবদি
মায়থিবা শোয়দ্রবনি কাউগনু ।

০৫-০৫-২০০৭

# লোনচং

ঐ শা নত্তে তাইবং মীনি
ঐসু খঙই তাইবংগী হৌনা লোনচং
য়াম্না ফজবদগী য়াম্না থীবা ফাওবা
অথিবসু নত্তবা অদুগা ফজবসু নত্তবা,
মহা ওরোমদা হায়রগনা
অথুম্বা অখাবা অশিনবা
লোয়ননা অয়াকপা অমদি অশাবা
অসুক য়াম্না হায়রুদ্রগসু
অহাওবা নংত্রগা হাওতবা
হাউতবসু নত্তবা অদুগা অহাওবসু নত্তবা;
মখল কয়াগী লোনচংনি
অফবদি অদুম মফজে
ফত্তবনা অদুম মফত্তে
তাইবং মীনা থেংনরবা খঙনরবনি
ঐসু খঙই ঐ শা নত্তে ।

ঐ শা নত্তে তাইবং মীনি
ঐসু খঙই ইকাইবা থেংথিবা
উই তুহংপা অচৌবনা মচাবু
থেংনৈ অশেনিববু অকনবনা লাকথুবা
অদুবু খন্থরুরবদি ঙকই
ঙক্তবা ঙমদে ঐগী থমোয়না,
থর্রগা হকচাংগা খায়নবদা লোইরবা
তাইবং অমগী পুন্সিনি
খোঙচং অমগী লমবেলনি
কনাগীনা চাউবরা কনাগীনা শাংবরা
চংমিন্নবদি য়াদবরা অচৌ পিশক খায়দনা;

হংলুরগদি অসুম্না হায়নৈ ঙাঙনৈ
অফবদুনি ময়াম্না পাম্নবদি,
তশেংনা চুম্লবরা হায়বদুদি নত্তে
চিরোম্নি উৎ চাইবনি
ঐসু খঙই ঐ শা নত্তে ।

ঐ শা নত্তে তাইবং মীনি
কুম্মৈ য়েংলি ভাবক শাদুনা
উপাই লৈত্রদুনা খুৎ থেক্তুনা,
চিনবান চিক্তুনা খাঙবদা
চিনবান অসে তত্তৌরে,
নাপল তৌরি কনানা ঐ মঙায়রে হায়না
ইজৎ হায়বা অমসু মনপশিল্লি
নোক্লিংলিবদি প্রমান অমসু থোরক্লি
ঐখোয়গী ইরক মী মরক অসিদা
উচেক মচানা মহুম পিক্লা শাই
অচৌবনা চাউনা শাই ;
খম্বুবা অদুমদি মথৌ তারি
খুল্লিংদুনা হিংমিন্নবা তাইবং মীনি
খঙববুদি খঙনরবা ঙাক্তনি
মীনমদুনা কাউথোক্লবগী ৱাতনি
অচুম্বা অফবদুদি ঙাঙনবদি পাল্লি
ঐসু খঙই ঐ শা নত্তে ।

০৬-১১-১৯৮২

# ব্রাকৎ

মান্নদবা ময়ামসিগী মরক্ত
করিনো মান্নরিসে
ঙমখৈ নাইদবা লমচৎ শাজৎকী
কদায়দা লৈবগে ঙমখৈ
পল্লেপফম খঙদবা ব্রাঙাং শঙাংগী
লৈবুরা অরোইবা তাংকক অমা ।

পেম্ভোকপা নুঙাইবা থিবদা
লান্না হকচাংবু শিজিন্নবরা
কল্লকপা মিহৌবনা লাঙ্গোই চল্লবদা
শারমচৎ খুদুম চনবা ঙমবরা
অরোনবদা লৈরমদ্রবা ফজবা
লৈরমখিগদ্রা হে ফজদবা নঙ ।

খন ওনবা ঙল্লম্লবা
নুংশিবগী চাং ইরায় লায়না
নমথাক তৌবা ঙম্নরমদ্রবা
পুক্নিংগী ব্রাফম চিংনদনা
খঙনরম্লবা অরোয়বা পন্থুং
মদুসু ব্রারমগদ্র হে থমোয় ।

খুদক্ত খঙবা ঙম্নরম্লবা
মীনম্বগী চিরোন
মহে য়ান্নরম্লবদি অশোয়বা য়াওদনা
শক্লিবা ব্রাশক খুদিং
লৈরমদ্রবা কায়না মৈশা
হে পুন্সি ফজরম্লোইদ্রা নঙগী খোঙচৎ ।

২৭-০৭-১৯৯৩

# ব্রাখল চাম খোক্রা খনজহৌ

ঐগী লেংবানদা তোংদুনা
ঐ মঙায়রে ব্রাংলে হায়না নাপল তৌরিবা
শানি হায়বদা শাউরিবা
শাগী লমচৎতি মিকুপ কাংদনা চৎলিবা
হে তাইবং মী নুংশিদকো নঙসে
অঙকপনি নঙগী ব্রাখলসে ।

অমগা অমগা ক্রক ক্রক য়েংশিন্নৈ
অঙম অঙম হাৎতোক্লে
য়েংনিংদ্রেদা তুকৎচরবা মতৌসে
মরানবুনা কুপশিন্নবা হোৎনৈ
মীব্রাবুনা ঙাংনৈ মিকুপ খুদিং
নঙমুক হঙ্গোইবা জিব অমা লৈরমখিদরা ।

নখোয়না লাউরিবা লান ঙম্বগী খোঞ্জেল
কনাগী মায়োক্ত লানঙম ফিরান থেৎপনো
লৈজবা নতিং ফুদোক্তুনা
কনাগী মফমদা থৌনা ফবা উৎপনো
নখোয়গী নতৌসে উবদা
নোকপা হৈত্রবসু নোক্লিংবা করম্না ফাওরোই ।

ওইদবা ব্রাঙাংনা নুংশিবা শাদুনা
নপুন্সি অদো মীনমগে হোৎনরিবা
নথমোয় অদু কনমল্লি
পাঙলিবা নমিৎ অদুনা শাখিনি
নোংমা নৎত্রগা নোংমদি ফংবা শোয়রোই
নরান্না মপুং ফারবদা পিরাংগী দন্ডি ।

নশাগী য়াইফনবা হোৎনজবদা
ধর্ম্ম লায়মিং লৌরগা
খুৎলাই ওইনা শিজিন্নবা
অর্থ থোক্তবা অপংবগী খুদমনি
খেৎনবা মিংথোল পিশিনবা
লেপ্পা লৈত্রি ঙসি ফাওবদা ।

নমিৎ উইশিন্দুনা য়েংগেরা
ঙম্বমখৈ লাওনা পাংথোক্লগা য়েংগেরা
অমুক্তদি য়েংউ পাক চাউরবা জগৎসে
কদায়দগী হৌবনো খঙবরা
কদোমদা লোইগনি নিংবরা
শিংলে থৌরে খঞ্জবা নবুধি অদুনা ।

অতিয়াদা থোক্লিবা নুমিৎ
খঙলবনি লাই নত্তে অচৌবা মৈবুলনি
লোইবা নাইখিনি মতম অমদা
হৌবা লোইবা নাইবা পুন্সি কয়ানা শেম্বনি
অতেন অশাংগী ৱাতনি
থাজবা ঙমদ্রা নঙনা উরিবা সংসারসে ।

থা থৱানমিচাক লৈতেংনি খনবরা
নখোয়গীদমক কনানা থম্বীবা
পাইরিবা লৈচিন চুরিবা নোং
মখোয়গী পুন্সি লোইখ্রবদি
নখোয়গী আশা কদোমদা অমুক
ৱাবীদবা ঙমদে ইথৌ নৎত্র বসু ।

ইপুক অসে হোগায়রবা ফাওবদা
নঙগী য়াইফগদবা লৈরবদি

ৱা মচেৎ অমা ফাওবা ঙাঙজদবনি
খাঙবা হৌনবা মখৈ খাঙখিনি ঙসিসু
জগৎকী শিল্প অমা ওইনা
নঙগী য়াথং ইনবনি হায়নদি খনগনু ।

নোংমা শারবা থমোয়সিনা পোখায়রবদি
নৎত্রগা, ঐনা চৎপা তোকখ্রবদি
নখোয় করি ওইহৌনি
হে তাইবং, নঙগী খোঙ্গুল মুচ্চনি
ৱাখল চাম থোক্লা খঞ্জহৌ
মতম্না লৈরিঙৈ অরোয়বা পুংজা লাক্ত্রিঙৈ ।

১৭-০৫-১৯৮৮

# ব্রাহং

নোংদম্বা মাগী খুৎশেমদা
তমথিবা লাইবক ওইরুবনা ঐহাক্কী
হুমলুরে কল্লবা নোংলৈনা মফম খঙহৌদনা
পুরুরে অমম্বা লমদমদু য়ৌনা,
ওইহললুরে খঙদবা কনাদা ঐবু মীচেন
নিংশিংলুবদা তু চুংই ইশা অপুম্বা অসে ।

নাক য়েৎ তুং মাং কনা উদে
হায়ফম হংফম লৈতে তেংবাংবীনবা
খনখি অসি ওইরেকো তাইবংপাল হায়বদো
অদুবু, লেনবদি পামখিদে অসুম্না পুন্সি
ইনশিল্লকখি পুক্লিংনা অরোনবা মাইখুম উপ্পবা
ফল ওইনা হাপলকখি থমোয়দা থৌনা অমা ।

কাখি অৱাংবা চীংদোন অকিবা লৈতনা
লাললুই নাচুংদনা পাক্লবা ঈপাক কয়া
থেংনখি উমং ৱামং অমম্বা মরক্ত
মাইকৈ খঙখিদে লমহাংনখি
থুংলরে মঙলানগুম্বা লমদম অসিদা
উনাররে নঙগসু অমুক হন্না থাজদনা ।

মমাংঙৈদি য়াম্না নোক্কনবদাই
অৱা অনা অমতা পক্তবগুম
ঐদি কাউদরি নিংশিংলি ঙসি ফাওবা
ৱাহৈ অমগীসু ৱাহং অমগীসু
ঐনা ঙাংজবা হংজবমক নত্রবসু
পেঞ্জে থমোয়সিনা নঙনা নোকপা উরগা ।

নুঙাইদুনতা লৈবা থমোয়নি মতাগুম
পনদবদাই ঙাংনিংবা ৱাহে ঙাংবদা
থমোয়দা কিশি থমদবাই
ঐসু খঙহৌই তাহৌই ইতৎ তত্তনা
নঙনা ঙাঙখিবদো ঐঙোন্দমক নৎত্রবসু
মালংদা নদোমমতা ঙাংজবা ওইরবসু ।

ঙসিসু য়েংনিংলি নঙনা নোকপদো
তানিংলি নঙগী ৱাঙাংদো নাপসিনা
ঐবু উরগা হঙ্গোইবা পোল্লবরা
করিগী চৎলি লৈথোক্কুনা তুমিন্না
করিগী পুরি অৱাবা শক্লোন হে পুন্সি
ঐবু অদুক হাক্লা শাথিবা মাল্লবরা ।

০৩-০১-১৯৮৩

# শক্তি

লাল্লি লাল্লি হায়নরম্মী
চুন্নম্লে চুন্নম্লে ওন্থোকখি,
থিশ্রে থিশ্রে মঙাংনৈ
ফজে ফজে শোন্নরকই,
ফত্তে ফত্তে তুক্কচনৈ
ফখরে ফখরে তিন্নশিন্নৈ,
হুরানবনি হুরানবনি তান্নবদো
মপু ওইরম্লমাল্লেনে ঙাঙনরকই ;
মীহাৎপনি খঙনবা মহাক্তো
ৱায়েলশংদা প্রমান লৈত্রমাল্লে
তাঙনা ফংজবা মীওইবা পুন্সি
হোঙনা হেক্ত ময়োলহল্লি,
চেদি চে মচু শঙবা চেদুননি
নত্তে নত্তে লুপাদুননি,
খুদিংমক ঙমদবা লৈতবীদুননি
হেনমল্লি খাঙুথক্ত শিনরকখিনি ।

০৪-০৬-১৯৯৪

# শরুগী পোলাং

মীনা অহাওবা চারগা চানীংবা
মীগী লন-থুমতা মীহৌবা
তনবদগী ঙমখৈ য়ৌনা তল্লবা
অপঙবা নুপাদুনা খল্লি
মখোয়না ঐঙোন্দগী করি হেনগদগে ।

পায়রবদা অফবা মখলগী পাম্বী চার
চাউথোকচৈ লাইবক ফৈ থাগৎনবা মীয়াম্না
থাজিল্লি ইশেম শেম্বীদবা লৈমায়থক্ত
খুইরি খুইরি উইরুম উইরুম হৌরকই
মপাল শাৎলি মহে য়ানদে ।

মীগীদি ফৈ ঐগীদি ফত্তে
করিগীনো খন্দে মথন্ত খোয়শাওনৈ
ফোইদৎতুনা মাংহল্লি লৈমায়দা থাদৈ
চরা হেল্লি মবুক পায়দুনা খাঙই
উন্তনা কুপ্লে শরুগী পোলাং ।

১৬-০৭-১৯৯৩

## শঙ্গু শঙ্গু

শঙ্গু শঙ্গু চৎলি
শঙ্গু শঙ্গু থিরি
থিরি থবক থিরি
হামচৎনরবা থব্রায় কয়া
অমোৎ অকায় মরক্ত ।

শঙ্গু শঙ্গু ইল্লি
লুচিংবা অমগী তুংদা
খুন খুন্দুনা চানরি
তাহৌবা অমাং অশোয়
মাগী মাগী লাক্লরি ।

শঙ্গু শঙ্গু ঈল্লি
লুচিংবা অমনা তুংদগী
চোংশিন চোংশিন শিনরি
মৈনুংদা থব্রায় থানরি
অথন অথৌ শক্লরি ।

ব্রাখল তৌনা নোকচরি
মবুক পেন্না চাজরি
অমগা অমগা উনদে
লুচিংবশিং লৈবাক্কী
শঙ্গু শঙ্গু লুচিংবশিং ।

০৯-০৫-২০০৫

# শাগা শাগা

শানা শা চাবা
শানা মনা মশিং চাবা
অপুম অশাতবু পামনা চাজবসু লৈরমগনি,
মপাঙ্গল কনবা মানবা
অতোপ্পদা খৎনবা হৌগনবা শা
খরা শোনতক তৌবা মানবা শা,
শওং শাদা চাউ শাংবা মান্নদবা
অসিরা খেৎনরিবা হায়বদো
করিদনো শাগা শাগা খেৎনরিবা।

শিরমদাই য়ৌরবদা চেন্নবা হোৎনৈ
শিনি হায়বা খঙদ্রবসু
অকিবা ফাওরবদি চেন্নবা হোৎনৈ,
চৈনা খাঙবগীরা তেংথারিবা
চৈনা ফংলবা মতমদা ফাওবা
শিনি হায়বদি খঙদবরা,
শিনি খঙবসু লৈরমগনি
খঙদবা কাঙবু অমসু লৈরমগনি
মসিরা শাগা শাগা খেৎনরিবা।

পোকপদগী শিবা ফাওবা চারি
চানবা থি থিদুনা চারি
অহাও অহাওবা থিদুনা চানরি,
হেনজিন্না চামনবসু য়াওরমগনি
চাবা য়াই য়াদে খঙদনা চারুবদগী
অৰাবা খাঙবা য়াওরল্লোই হায়বসু ঙমদে,
হিংনবগীদমক চানরিবা মরকসিদা
চানবগীদমক হিংবা য়াওদবসু নত্তে
অসি নত্তরা শাগা শাগা খেৎনরিবা।

প্রকৃতিগী তমপাক থক্তনি
চেন্না চোংনা শান্নমিন্নরিবা
মাগী মমল নাইদ্রবা খুদোলনা,
মাগী খুদোলবু ফংজরগা
নুঙাইনা হিংবা ঙম্বসু ময়াওরি
উরবসু খঙদবনা কোঙ্গায়নি,
তাকউনি করম্না খঙদবা মঙোন্দ
খঙনিংবা মাদি থিরক্কনি শোয়দনা
মসিরা শাগা শাগা খেৎনরিবা ।

নিংলকপা অদুতং ফংনবা হোৎনবা অমা
অতোপ্পগী অনিংবদা অয়েৎপা পিনিংবা অমা
মরকসিদা অতোপ্পগী খনবীবা মশিং খজিক্তং,
অশোকপা অমা য়াওবদা ৱানা য়েংজবা
কাংলুপ নাইনা লৈরগা নুঙাইজবা
মরকসিদা মাঙনবা শিল্লগা নুঙাইজবদি লৈতবরা,
অহিংদা চাক্তাজবা মখোয়দি নত্তবা
অমম্বদা হৈনজবসু করম্না য়াওরমলোই
মসিরা শাগা শাগা খেৎনরিবা ।

অরানবদা থাগৎলবসু হ্রাওজবা কাঙবু
অচুম্বদা থাগৎলবসু খঙজদবা কাংলুপ
লৈরম্বা তাবনি ময়ামসিগী মরক্ত,
থিনা তৌরগনা হেক্ত মশাওবা
লুনা তৌবীরিবরা হায়বসু খঙজদবা
করম্না লৈরম্লোই হায়বা ঙমগনি,
মসিদা নত্তনা থেংনবদা অঙকপা ওইগদবা
লৈরমখিনি মান্নদবা লিচৎ শাজৎ কয়া
মশিরা শাগা শাগা খেৎনরিবা ।

২৯-০৪-২০০৫

# শান্তি

নোংমা চায়থরকপা কোরৌগী মঙালদা
থব্বায় য়াওদ্রবা হকচাং অমা
ঈহিং নাইহিং শানা তারল্লে,
মীয়াম ৱা ৱা লাঙনরকখি হায়
কনানো কনানো হংনরকখিবদা
শান্তিনি শান্তিনি হায়নরকখি হায় ।

মাবু মরাল কয়াম লৈবা মীশক্লো
মরাল লৈরে হায়নসু লৌরসি
মহাক্কী মরাল খঙনদ্রিবনা করিগীনো,
মীয়ামগীদমক য়াইফনবা হোৎনবদা
মশাগী ওইজবা করি অমা য়েংদনা
মপুন্সি কৎথোক্লবরা হায়বা খঙনখিদবরা ।

শরু পোলাংতা ঙায়রবা হকচাংদু
পোষ্ট মৌতেম তৌই হায়
ডাঃ এক্স তদি মহৌশাগী মহৌশানি,
জে এ সি না লৌখি ৱারেপ কয়া
বন্দ, ব্লোকেট, জেনরেল ষ্ট্রাইক তৌনবা
মীহাৎপা দন্ডি পিনবা ।

কুমজা কয়া হৌখরে
চপ চাবা মীহাৎপা পুথোকপা ঙমদে
অমনা অমদা তাইশিন্নবা মতোক্তে,
কাইনথংদা নিংফুং নিংফুং ঙাংনরকই
করিগীনো অমম্বা মরকসিদা
কনানা কনাদা চৈরাক পিদৌরিবা ।

উতুপ্না থোমখিবসু য়াওবা মানবা
খুৎলায় কয়া শিজিন্নখিবসু মাল্লি হায়
অখঙবা কনানা অচুম্বা হায়রসু তানদে,
মীয়ামসিগী নীংবা থুংলনি খন্দুনা
লৈরোল চনশিন্দৌরবরা অসুম্না অসুম
চীংনা কোয়না পনশাবা লৈকোল অসিদা ।

১৭-০৫-২০০৭

---



য়াইখোম সুভাষচন্দ্র সিংহ (এস. সি. য়াইখোম্বা) ১৯৬২ ইংদা খুরাই পুথিবা লৈকাই, লমলোং কৈথেল, ইম্ফালদা পোকই। সহিত্যবু পামজবা মীশক অমা ওইনা অইবগী গুল্লিগুঁ পুন্সিদগী হৌনা নহারোল সহিত্য প্রেমী সমিতি, ইম্ফালগী লাইফ মেম্বর ওইরক্লি। এ. আই. আর. ইম্ফালগী ঈশৈ ইবা অমসুনি। "পৃথিবীসু উঙলি ঐগী কোকসু উঙলি" হায়বা শৈরেংগী লাইরিক অসিনা অইবগী অহানবা লাইরিকনি।

হৌজিক হৌজিক লাইফ ইন্সুরেন্স কর্পোরেসন ওপ ইন্দিয়া, কেরিয়র এজেন্টস ব্রান্স, ইম্ফালদা কেরিয়র এজেন্ট অমা ওইরি ১সুং লাইফ ইন্সুরেন্স কেরিয়র এজেন্টস এসোসিএসন, সিলচর ডিভিজন, ইম্ফালগী প্রসিদেন্ট ওইনা থৌ পুরি।